ফোঙজবা ঃ— মঙাংচা কৈসাম ইবোমচা

অহুমক সুবা কোঙবা

লাইরীক মসিঙ — ৩,০০০

পালচা — ৩৩৯০

খৃষ্টাব্দ — ১৯৯২

ফংফম থোকপা অইবগীনি

মমল্ লুপা ঃ ১৫

---

নম্ফম ইউনাইটেদ প্রিন্টিং এণ্ড রবর ষ্টাম্প রার্ক, ইম্ফাল

# ঐগী মীংয়েংদা




স্পীকর
মনিপুরী লেজিসলেটিভ
এসেম্বলী

ঐগী ইযাম্বা যুম্নাবা ভম্ফাজাওনা ইবা 'মীতৈ ময়েক্ ১৮গী কাংলোন অমসুং রাওউলোন" হায়বা পংই লাইরিক অসি মুন্না পাজরে। লাইরিক অসী পারুবদা ঐগী পুক্নিংদা মুংাইবগী মঙাল অমা ফাওই। মরমদি থাইনগী মীতৈ ঈপা ঈপুগী অরাঙবা র'থনবু হঙ্গৎনা য়েংদবা ঙমদে।

লাইরিক অসীদা মক্ক ওইনা নৈনরিবা রাফমদি :— 'রাকোক্লোন্ হীলেল্ খিলেল্ সালাই অমাইলোন পুকোক্" পুয়াদা য়াওরিবা ঈয়েকসিংগী অর্থ অম 'য়েক্সিংগী ফিলোসোফী নৈনবনি॥ ঈয়েক্ হাযবা অসী হেক্না সেমজিনবা যাদে, ঈয়েকী অর্থ অমমম'লৈজরমী।

অদুগা মীতৈ ঈযেক্সিং অসী হকচাং কায়াৎ (এনাতোমি) ভগী লৌই অমসুং হকচাংনা ঈয়েক্সিংগী য়ুম্ফম ওই। অদুগা পিক্লবা তাইবঙ হকচাং অসী পাক-চাওরবা তেংপালবা (ইউনিভরস) অসিনা শীকনা মওং লাকপা (ফোর্ম তৌবা) তাইবঙ হকচাং অমনি হায়বসু লাইরিক অসীনা উহল্লি। মীতৈগী লাইনিং লম্নীদি ঈয়েকসিংগী অর্থ অমসুং ফিলোসোফী খঙবনি॥ সম্না হায়রবদা মীতৈগী লাইনিং লম্নীদি হক্কা লাইনিংনি। "ঐ কৌবা মপুবু (ব্রহ্ম) মসক্ খঙবনি হাযবা উহল্লি॥ লাইরিক অসী পাবদগী পীক্লবা মীতৈ জাতি অসী সভ্য জগৎকী মনুঙ চনবা জাতি অমনি হায়বসু উহনবা ঙম্মী। লাইরিক অসীনা মীযামদা অনৌবা মঙাল্ অমা ফংহনন্না ঙমগনি হায়না নিংই। মীয়ামদা লৌশীরিবা অইবগী খুদোনপোৎ অসী মমল্ লৈবা খুদোন পোৎ অমনি॥ লাইরিক অসীনা মীতৈনা মীতৈবু কাওরুরববু নৌহৌনা নিংশিংহল্লি॥ অইবগী খোর্জৈদগী অনৌবা খুদোনপোৎ কয়ামরুম থোরকখিগনি হায়না আসা তৌরি॥

ডাঃ এলঃ চন্দ্রমনি সিংহ
তাং ২৭।৪।৭৩ ইং

# ঐগী ৱাখল অমা

ঐগী মরুপ যুন্নাবা ভম্ফাজাওনা ইবা মীতৈ ময়েক্ ১৮ গী "কাওলোন্ অমসুং ৱাঙউলোন্" কৌবা খুংই লাইরিক অসী পাবদা য়াম্না নুঙাইরবা অমা পোকই। "ৱাকোক্লোন্ ইলেন্ থীলেল্ সালাই অমাইলোন্ পুকোক্" কৌবা মীতৈগী ৱাঙউবসিংনা সিজিন্নবা মীতৈ ঈয়েক হৌরকফমগী পুয়া পাজরুবা মতুংদা যুন্নাবা ম্ফাজাওনা ইবা লাইরিক অসী পাবা মতমদদি ৱাখল পরিং অমা চুন্না চথবা ঙম্মী। হায়বদি - পুয়াগী ৱারোল খঙদবসিং অহু য়ান্না লাইনা খঙবা ঙম্মী। লাইয়িক অসি অনৌবা পুয়া পুথোকপা নত্তে, অরীবা পুয়াগী ৱাহন্থোক পীবনি। লাইরিক অসী ঙসিগী মীয়োন্না পাবদা "ৱাকোক্লোন্ হীলেল্ সালাই অমাইলোন্ পুকোক্" পুয়াবু খঙবা ঙমগনি হায়না থাজে। অইন্দগী ময়াম নুঙাইনবা থৌরাং অসী থাগৎনিঙাইনি।

অযেকপম চন্দ্রমনি
হেড মাষ্টর, কেবল গার্লস হাযস্কুল
ইম্ফাল।

তাং ১৮/৪/৭৩ ইং

# ঐগী মীৎয়েং অমা

ঐগী ইয়াম্বা য়ুয়াম তম্ফজাউনা ইবা মীতৈ ময়েক্ ১৮ গী কাংলোন্ অমসুং রাংউলোন" হায়বা খুৎই লাইরিক অসী মুন্না পাজরে। পাবদা পানিংবা নুংঙাইবা অমা পোকই। ঐদি মীতৈগী কলচর অসি অসুং রাংনা, ফজনা লৈরমগনি হায়বা থাজরুদে। অদুবু লাইরিক অসী পাকবদগী মীতৈ কলচরগী অরাঙবা থাক অদু উরা ফংই। নহালমখৈ রাঙলবা মীতৈগী অরঙবা মঙাল অদু অন্ধ বিশ্বাসকী লৈচিন্না কুপসিন্দুনা লৈরম্বা অদু লাইরিক অসিনা অমম্বা লৈচিলগী পোমাই হাংদোকহন্‌খিদুনা মীতৈ কলচরগী অরঙবা মঙাল উহল্লি।

অমনা মীতৈগী ঈয়েক হায়বা অসী হুকচাং কয়াগী লৌই। হুকচাং কয়াংকী পার্ট ১৮ না মীতৈ ঈয়েক ১৮ সেপ্পী। কয়াংকী পার্ট মমিংসিং অদুনা ঈয়েকী খোন্থোক (উচ্চারন) ওইনা পাই। পৃথীবীগী ময়েকসিংগী হৌরকফমগা পুমখেন খেন্নে। লাইরিক অসীদা মীতৈ ঈয়েকী অর্থ অমমম লৈনা সেমলগা অদু উরা ফংই। অদুগা ঈয়েকসিং অসীগী ফিলোসোফি অমমমসু লৌজরম্মী হায়বা উহল্লি। চসি ফাওন্দা পীক্রবা মীতৈ জাতি অসীনা হিংলম্মীবা অসী মীতৈ কলচরগী মুংনাইররোইদৌবা মঙাল অসীননি হায়না ঐবু থাজহল্লি। অসীগুম্বা লেখকী মমল য়ামলবা লেবর অসীবু মীয়ামনা থাগৎ-নিংঙাইহনি।

নাওরেম সুরেন্দ্র

হেড ক্লার্ক, পি, ডব্লিউ, ডি,

ইম্ফাল

ইম্ফাল

তাং ৫। ৪। ৭৩ ইং

# ঐগী ৱাখল

ঐগী ইয়াম্বা য়ুম্নাবা তম্ফাজাউনা ইবা মী.তৈ ময়েক ১৮ গী "কাওলোন অমস্থুং ৱাঙউলোন" কৌবা খুংই লাইরিক অসী মুম্না পাজরে। লাইরিক অসী পারুবদা ঐগী থম্মোয়দা ঈহৌ অমা হৌহল্লি। মঙ ওয়না লৌরুরবা মীতৈগী রাশ্মি-রাখোঙ কয়াবু লাইরিক অসীনা মঙফাউনহল্লি।

মীতৈগী ৱাশ্মী-রাখোঙ, কলচরনা শৈরোন চনহুনা লৈরুরবনা ঐনা ঐবু কাওরুরবস্থু ঐনী হায়বা অসী লাইরিক অসীনা অমুক নিঙসিংহল্লি। মীতৈগী ঈয়েক অমা লৈ হায়নবা তারুরবস্থু হীরম অহুদা থোইদোরা পুক্লিং থিংজিনলুদে। অহুবু লাইরিক অসী পারুবদগীদি মীতৈগী ঈয়েক অমা লৈরম্মী হায়বা অসী ঐবু থাজহনবদা নত্তুনা ঈয়েকসিংদা ইচম চম্না লৈরমদবা, অথ' অমমম লৈরম্বা ঈয়েকসিংগী রাশ্মি ৱাখোঙ লৈরম্বা, উত্তবদা ঐ মীতৈ অমনি হায়না চাওথোকচনিংই। অইবগী কলমদগী অসীগুম্বা লাইরিক কয়ামরুম থোরকপা ওয়সনু।

E. Binoykumar
A. E., P. W. D.

তাং ৫।৬।৮৩

# ৱাহৌথোক্

হুণ্ড সিদবা তাইবঙ পালবা মপু। অচংপাসিংগী থৌৱাই ওইৱিবা, চত্তবসিংগী ময়োল্ ওইৱিবা, লাইৱীক থৈবিকী মতিক্ ওইৱিবা মপু নহাকপু খুকমনা "ৱাকোকলোন্ হীলেল, থিলেল সালাই অমাইলোন পুকোক" পুৱাদা মীতৈ ময়েকী হৌৱকফম্ ইৱিবা ৱারোলসিং অসীনা ওসিগী লোলগা তারোন্নবা খর লৈবদগী, পুন্না অসীবু পাবা তন্নরে। মরম্ অদুনা পুন্না অসীবু পাবা তল্লিবা লায়না অদু খরদং কোকপা য়ারবদি হায়দুনা "মীতৈ ময়েক ১৮ গী কাঙলোন্ অমসুং ৱাঙউলোন্" কৌদুনা মমুঙগী ঈচেল্ খরদং খঙদবা মপা লাক-উদবা মমি তমদুনা ইজৱি, তাথীবীগনো।

মীওইবনা মীহৌৱোন, ৱারী-ৱাখোঙ কংলৈলোন্ (ইতিহাস), লম্লীং তুমীংলোন (ভুগোল), লৈসেম্লোন্ (ক্রিয়েসন ওফ আর্থ) ঈনাং ঈসিন্ (কৃষ্টি-সংস্কৃতি), মহৈ মসিন্ (এডুকেসন), কাঙলোন্ (বিজ্ঞান), ৱাঙউলোন্ (ফিলোসোফী), লোলচং (কৃষী), থেনচঙলোন্ (এস্ট্রোনোমি), হকসেন কাঙলোন্ (মেডিকেল সাইন্স), লীচং (ধর্ম্ম), লোইনা সিনলোন্ (সাহিত্য), লোইনা সিন্থা (অলোচনা), লোইনা সিনলম (রচনা) অমসুং ৱাহৌলোন্ (ব্যকরন) অসীনচিংবসিং অসীবু মাঙদনবা য়েক্কুনা ইদুনা থম্নিংই। অমদি — অথাপ্পদা লৈবা মরুপ মপাংসিংগা অইবা পাওনা ৱারোল খঙহন্বা অমসুং অৱাহুঙাই ফোঙদোকনবা পাম্মী। মরম্ অসীদগী ৱাথন্ লৈবা মীওইসিংনা মাগী-মাগী ময়েক্ সেম্বা হৌখি। মীতৈ ঐথোয়গীস্থ ময়েক সেমখি।

অহানবদা ময়েক্ লৈরে, অনিস্ুবদা লোল থোরকলে, অহুম-স্ুবদা লোন্দগী ঈয়েক্ সেম্লে। ভেংবালবদা লৈরিবা মী, সা, থোংজি, লাওম্নিবা পুম্নমক্ অসীবু, মপু মানা য়েকপা ময়েকনি। হায়বগী 'ময়েক্ লাইয়েক্" কৌই। অস্ুম ভৌনা, মপু মানা য়েকপা ময়েক্সিংগী মনুংদা তাইবঙ হকচাং অসীস্ু অমনি। মালেম্ ভেংবালবা অসীদা য়ুম অহুমথক লৈ। মতুদি থৌরায় পাল্বা পান্দবা পুম্নমক্কী লৈফম ওইরিবা মালেম্ কৌবা য়ুম্ অসীমা। অতুগা থৌরায় পালবসিংনা মানা-মানা লৈননবা সাজবা য়ুম অসীমা। অমনা মপু মাগী ময়ুম লাইসঙ ওইননবা সেম্বা তাইবঙ হকচাং কৌবা য়ুম অসীমা অহুম অসীনি। য়ুম অহুম অসীগী মনুংদা ভেংবালবা অসীনা পিকনা মওং লাকপা (ফোর্ম) অথোইবা য়ুমদি— তাইবঙ হকচাং অসীনি। মরম অসীনা - লাই ওইবা মীতৈ ঈপা ঈপুনা পাক চাওরবা মালেম্ ভেংবালবা অসীনা পিকনা মওং লাক্পা, মপু মাগীনা ময়ুম লাইসঙ ওইবা, ময়েক-লাইয়েক ওইবা তাইবঙ হকচাংগী লাইমিং ১৮না মীতৈ ফুরুপ (জাতি) কী ময়েক ১৮ সেম্খি।

মীতৈ ময়েক ১৮ বু ঈনমুঙলোন্না ঈয়েক কৌই, খুনুঙলোন্না ময়েক কৌই। ঈমুঙলোন্-খুনুঙলোন্না ময়েক কৌই হায়না ময়েক হৌরকফম তাকপা "রাকোকলোন্ হীলেল থিলেঙ্গ সালাই অমাই-লোন্ পুকোক" পুয়াদা মুং (অনুস্বর) ময়েক্কী রারোলদা ইরি। মরম অতুনা— মনিপুর লৈঙাক্ (সরকার)না মীতৈ ময়েক্ হায়না থোল্খিবা অসীমক্ চুমলে। মরম্ অতুনা হান্না "বংলৈ ঈয়েক্ ১৮ গী রাঙ-উলোন্" হায়বগী মহুত্তা, "মীতৈ ময়েক্ ১৮ গী কাঙলোন্ অমসুং রাঙউলোন্" হায়না ২স্ুবা নম্বদা মমিং ওন্থোকচরে।

ময়ামগী
তম্ফাজাও

## ইয়েক ইপী ১৮

| | | |
|---|---|---|
| ক — কোক্ | ম — সম্ | ল — লাই |
| ম — মীত্ | প — পা | ন — না |
| চ — চীল্ | ত — তিল্ | খ — খৌ |
| ঙ — ঙৌ | থ — থৌ | র — রাই |
| য় — য়াঙ্ | হ — হুক্ | উ — উন্ |
| ই — ই | ফ — ফম্ | অতীংআ |

## লোনসুম ইয়েক ১০

(হেনবা)

| | | |
|---|---|---|
| ক্ — কোক-লোনসুম্ | ল্ — লাই-লোনসুম্ | ম্ — মীত-লোনসুম্ |
| প্ — পা-লোনসুম্ | ন্ — না-লোনসুম্ | ত্ — তিল-লোনসুম্ |
| ঙ্ — ঙৌ-লোনসুম্ | উ্ — উন-লোনসুম্ | ই্ — ই-লোনসুম্ |
| অ্ — অতীংআ-লোনসুম্ | | |

## চৈতপ ইয়েক

| | | |
|---|---|---|
| ো — ওতনপ্ | ি — ইনপ্ | া — আনপ্ |
| ী — ইনপ্ | ৌ — সৌনপ্ | ে — য়েতনপ্ |
| ু — উনপ্ | ৈ — চৈনপ্ | ং — নুং |

কো কি কা কী কৌ কে কু কৈ কং




# ( কে.াক্ )

হে মীওইপা তাপীও তাইপঙ পাল্পা মপুগী কোন্পু ঈয়েক্ কোন্পুঙ য়াকোন্পুঙ কৌয়ে ॥ য়াকোন্পুঙকী কয়াত লাইকম্কী লাইমিং অমতি তাইপঙ্ পাল্পকী মাই সিত্পীনা সালাইকী ফিসেত্ ৭ মক্। নোংলোন্ ৭ মাকী মচু ৭ মক্ অসী খৈপিক্পু মকম্ অতুত্তা লীনা লৈপনে ॥ লাংওন্ খুত্তিংকী মী। সা। খোংলি লাউঙ্লিপা অসী খৈপিক্কী পুথোক্নকয়নে ॥ মচু মমেন্ মেত্-থোক্নফমনে ॥ অতুকী মলমনা ময়াইতা মৈলা চীঙ্ লৈপনে। কোন্চীঙ কৌয়ে ॥ মাকী লাইমি মনিংতি হুং কৌয়ে ॥ ঈয়েক অসীপু ঈন্নুঙলোন্না য়াকোন্ কৌয়ে ॥ খুন্নুঙ্লোন্ খোন্থোক ঈরাই ঈনিন্না কোক্ কৌয়ে ॥ কোক্কী ঈয়েক্তি অসীনে ([illegible]) লেপ্না খঙ্পীও ॥০॥

---

**ঈয়েক্কী কাঙলোন** :— "কোক্" হায়বা ঈয়েক্ সক্তম্ অসী কোক্কী লৌহনা য়েক্পনি। ঈয়েক্ সক্তম্ অসীদা উরিব খুংয়েক অসী, মৈরি ৮ গী খুংয়েকনি। লৈয়ি ৭ না মীৎ ২, নাকোং

২, নাতোন মখুন ২ অমসুং চীলনি। লৈয়ি অমনা রাখয়ি। হায়রিবা পোৎসক ৮ অসীবু লৈয়ি ৮-না পান্দম লাকহুনা য়েংশিনি। হায়বদি— মীৎ, নাকোং, নাতোন, চীল অমদি রাখন হায়রিবা পোৎসক ৮ অসীনা লৈবা মফমবু কোক্ কৌই হায়বনি।

*ঈয়েক্কী রাগুউলোন ঃ—* মীওয়বা ঈখোয়দা তাউ হায়রি। মীওয়বগী কোকপু তাইবঙ পালবা মপুগী কোন্ (লৈফম) কৌই। অসুম ওয়বা তাইবঙ পালবা মপুগী লৈফম ওয়বা মীওয়বগী কোক অসীবু, ঈনা য়েককদবা (সাইওনগদবা) নোংরা অঙাঙ কয়াগী লৈফম কোন্‌পুঙনি অমদি রাখন্ পৈফম্ রাকোন্‌-পুঙনি হায়বগী ঈয়েক কোনপুঙ, রাকোন্‌পুঙ কৌই। অতুগা, কোককী লাইমিং অমনা— সিবা নাইবা মীওয়বগী হকচাং ওয়রবসু মায় (সক) হায়বা অসীদি সিবা লৈতে। হায়বদি— মপা মমাগী সক্তম অহু মচা মসুদা পক্‌না (মান্না) লৈহৌই। অতুনা, মায়বু সিদবী কৌই॥ অতুগা, মীৎ, নাকোং, নাতোন অমদি চীল্ হায়বা পোৎসক ৭ অসীবু মায় সিদবীগী সালাই ফিসেৎ ৭ কৌই। অতুগা, মীৎ, নাকোং, নাতোন অমদি চীলবু নোংলোন ৭ সু কৌই। অতুগা, মঙাঙ, লুয়াঙ, খুমন, অঙোম, মোইরাং, খা-ঙালবা অমদি সালাই লৈসাঙথেম্ হায়বা য়েক মচু ৭ পু নোংলোন্ ৭ কী মচু ৭ কৌই। অসীবু মায়দা পাল্লি হায়বগী "লীনা লৈবা" কৌই।

অতুগা, মীওয়বগী কোক হায়বা অসী তাইবঙ চাদা নোংদা পুথোক্লফমনি অমদী মচু মনেন্ মেখোক্লফমনি। মীগী কোক্কী

মীওয়বা নৌয়া কয়া থোকই। সাগী কোক্তগী সা ওয়বা মচা কয়া থোকই। খোংলি লাউয়িবা লৈখিককী কোক্তগী খোংবা-লাউবা মচা কয়া থোকই। হায়বদি মাগী ২ মচু মমেন্ মান্বা মচাসিং মাগী মাগী কোক্তগী পোকই। অত্তগা মীওয়বগী য়াখন্বু মৈগী মশক ওয়না ভাল্লি হায়বগী "মৈলাচীঙ" কৌই। য়াখন্না কোক্তা তুঙওয়না লৈ। মীওয়বগী কোক্তা ভাইবঙ পাল্বা মপুন্না ফমবাঙ লাংহুনা লৈবী মরম অত্তুনা, কোকপু ইবুঙঙো মহাক্কী কোন্ (লৈফম্) চীঙনি হায়বগী কোন্চীঙ কৌই। অত্তুগা, মীওইবগী কোক্তা ভাইবঙ পাল্বা মপুন্না ফমবাল লাংহুগা লৈবীবা মরমনা ঈবুঙঙো মহাককী মিংখৈ "হুংবু", কোককীসু মীংখৈ ওয়। ঈয়েক অসীবু, য়াখনগী কোন (লৈফম) নি হায়বগী ঈমুঙনোন (লাইলোল্) না "য়াকোন্" কৌই। অত্তুগা, ভাইবঙ চাকোক নৌকোকফমনি হায়বগী খুমুঙলোন্ (মীলোল) না "কোক" কৌই। অমনা, হুকচাংগী মরু লেলফুনি হায়বগী "লু" সু কৌই।

# ꯁ=স ( সম্ )

তসঙ্ ঈপুঙ লোইনপা অপকৃপা মসানা ওইপা মিহুল। সম। তু। খুচিন্নচিংপা সিংলি পাকন্ ১০৮। মিহুল্ ৮৪। তাংসম নি ২৭। থাপুং ১০ কী ঈফা ঈমেন্‌ফম্। থোঙ্গলোন্ ৯। পন্‌খৈ ৮। ঈলম্ ৭। কামাত্‌কী কা ৬ নথোয়ম্লুং ঈপুঙ লোইনপা অপকপকা লোইনলিপা মসেননে॥ অতুকী মসমনা সিংলি পাকন্ কৌয়ে। মাগী লাইমিং মমিংতি ঈমুঙলোন্‌না সিংলি কৌয়ে। খুমুঙ-লোন্‌না সম্ কৌয়ে। সম্‌কী ঈয়েক্কি অসীনে (ꯁ) লেপনা খঙপীও ॥০॥

---

***ঈংমকী কাঙলোন :-*** "সম" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, সম্‌দগী লৌহনা য়েক্‌পনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উমিংবা খুংয়েক অসী সম্ ময়ায় থায়না হাংপা সমহাংকী মরোংনি।

***ঈয়েকী মাঙউলোন্ :-*** মীওয়বা ঐখোয়বু পামেন্ উপা চাংদমরি। অতুমদি ওয়ঙপা উজাও উমেল্ অংোয়বনি। পাম্মেন্ উশিংনা মালেমদা মমা রায়না হিঙই। তাইবঙ মীওয়বা উমেন্দি অতীংআ অহাঙবদা মমা রায়না হিঙই। অচুনা মীওয়ববু মমা লাংনা থক্তা থঙবা মসা মরেঙনা থাদা থাবা উজাও উমেল্

অখোইবা হায়না সৈখাননরি। অদুগা, মীওইবগী হকচাংবু অতীংআ অহাওবদা মরা রায়হল্লিবদি মীওইবগী সমুননি। মরম অদুনা, মীওইবগী হকচাং কয়াৎ লাংপুম্ অমগী সম্, তু, খুল্লিয়চিংবা সিংলি পাকন্ ১০৮, মিহুল ৮৪, তাংসম্নলি ২৭, থাপুও ১০গী ঈফা ঈমেন্, কম, থোঙলোন ৯, পনখৈ ৮, ঈলম, ৭, কয়াংকী কা ৬ অসীনচিংবা হকচাং লাংপুম অসীগা ঈপুঙ লোইনবা অপকপা মপুগা লোইনদুনা অহিঙবা তাইবঙ হকচাং অমা ওইহল্লিবা অসী সমুনা অতীংআদা মরা রায়বননি।

অদুগা সমুনা অতীংআদা মরা রাইবনা হকচাংগী সিংলিদা ঈ চেলহল্লি। সিংলিদা ঈ চেলবা মরম্না হকচাংবু সিংহল্লি হায়বগী সিংলি কৌই। সিংলি (ভেন) অদুদগী সিংসি পাকন্ (নার্ভ) সিংনা হকচাং লাংপুম্ থুংনা সন্থোকতুনা ঈ চেলহলবা মরম্না হকচাং লাংপুম্ পুন্নমক সিংহল্লি। মরম অদুনা, অপাবা সিংলি (নার্ভ) সিংনা ফন্থোক্তুনা হকচাং লাংপুম পুন্নমক সিংহল্লি হায়বগী "সিংলি পাকন্" কৌই। ঈয়েক অসীবু, সমুনা অতীংআ অহাওবদা মরা রাইদুনা ঈলুঙ লোইনবা অপকপা মপুগা হকচাংগা সমমহনবা মরম্না পঙলবা তাইবঙ হকচাং অসীবু সিংহল্লি হায়বগী ঈন্নুঙলোন্না "সিংলি" কৌই। অদুগা, সমুনা তলঙ ঈপুঙ লোয়নবা অপকপা মপুগা হকচাংগা সম্নহন্দুনা তাইবঙ পুন্সি হিঙহল্লি হায়বগী খুন্নুঙলোন্না "সম্" কৌই। অমনা, তলঙ ঈপুঙ লোয়নবা অপকপা মপুগা হকচাংগা অনিমকপু সান্নানা অতীংআদা মরা রায়দুনা তুসিন্নহল্লি হায়বগী "তু" হায়নম্মু কৌই।

# ꯂ = ল ( লাই )

তাইপঙ পাল্বা মপু সিত্পনা খণ্ডত্পপু খণ্ডহল্লে॥ লাইকী লাই অলুপনা থুনা হান্না লৈলে হাইপকী লাইলোত্পস্মুং কৌয়ে। মাকী লাইমিং মখিংতি ঈমুঙলোননা "লাই" কৌয়ে। খুমুঙলোন্ খোন্থোক ঈরাই ঈনিন্না লাইপক কৌয়ে॥ লাইকী ঈয়েক্তি অসীনে ( ꯂ ) লেপনা খণ্ডপীও ॥০॥

---

***ঈয়েক্কী কাঙলোন্ ঃ—*** "লাই" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, লাইপক্কগী লৌত্নূা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা থুয়েক অসী, য়েং থংবা লাইবক্কী মরোংনি। করিসীদমক য়েং থংবা লাইপকতমক লৌত্নূা য়েনহৈবনো হংললবদি ?— তাইবঙ হকচাং অসী, পলেম-পম্চৌ অনিনা তুসিন্বা তাইবঙ হকচাংনি। য়েং থংবনা পম্চৌ ঈপানি, ওই থংবনা পলেম ঈমানি। অমনা, য়েং থংবনা লাইনিঙথৌনি- ওই থংবনা লাইলেল্পীনি। তৌইগুমবস্মুং হকচাং লাংপুমগী মপুদি লাইনিঙথৌনি। মরম অদুনা, লাইনিঙথৌগী মসক ওইবা য়েং থংবা লাইপক্কী সক্তমবু "লাই" ঈয়েক ওইনা য়েকপনি।

**ঈয়েক্কী রাঙ্টারোল :** - মীওইবগী লাইপক হায়রবা অসী তাইবঙ পাল্বা মপু সিদবগী ফমালনি। ইবুঙঙো মহাক্না মীওইবগী লাইপক্তা ফম্বাল লাংহুনা লৈবিরম্বা অরম্বা পওলবা তাইবঙ হুকচাং অসীবু সিংহনদুনা অক-ফত্তবা থৌবিকপু খঙহনবি অমদি সেম্বীবা মপু অমা লৈ হায়বা খঙহনবি। অতুগা, তেংবালবা মপু সিদববু লাই কৌই, তাইবঙ পালবা মপু সালাইলেল সিদববুসু লাই কৌই। তৌইগুমবসুং তাইবঙ পালবা মপু সালাইলেল সিদবা লাইদি, তেংবালবা মপু সিদবা লাইনা সাইওনবা অনিসুবা লাইনি। মরম অদুনা, তেংবালবা মপু সিদবা লাইবু তাইবঙ পালবা মপু সালাইলেল সিদবা লাইগীসু লাইনি হায়বগী তেংবালবা মপু সিদববু "লাইগী লাই" কৌই। লাইগী লাই ওয়বা তেংবালবা মপু সিদবা অরুবা লাই মহাক্কী মমিনা লাইপক্কী মথুঙদা ফমথাল লাংহুনা কনাবুসু খঙহন্ডনা থুনা (মম্না) হাপ্পিন্দুনা লোংনা লৈ হায়বগী মাইপকপু "লাইলোংপা" কৌই।

ঈয়েক অসীবু, অপওবা তাইবঙ হুকচাং অসীনা করিসু তৌবা ওমদববু তেংবালবা মপু সিদবগী মমি—তাইবঙপালবা মপু সিদবনা লাইপক্তা ফমথাল লাংনা লৈবিবা মরম্না, অপওবা হুকচাং অসীবু সিংহনবিদুনা থবক থৌরম থৌবিকপু ঈলাই লাইনা পাংথোকপা ওমহল্লি হায়বগী ঈয়ুঙলোননা "লাই" কৌই। অতুগা, তেংবালবা মপু সিদবগী মমি তাইবঙ পালবা মপু সিদবনা ফমথাল লাংহুনা পকহুনা লৈবী হায়বগী খুদুংলোন্না "লাইপক" কৌই। অমনা, তেংবালবা মপু সিদবা লাইনা কনাবুসু খঙহন্ উহন্ডনা লোংনা লৈকমনি হায়বগী লাইপকপু "লাইলোংপসু" কৌয়ে।

# ꯃ = ম ( মীত )

অতীংআ সিতপগী মমীত মন্নুণ্ডতা লৈপা মীত নহা অতুপু মাললে হাইপকীপু মি কৌয়ে ॥ মি অতুপু য়েংনা সাখিয়ে হায়পকীপু মী কৌয়ে ॥ মী অতুপু খণ্ডননবা হায়তুনা অতীংআ সিতপকী মমীত মন্নুণ্ডতা লৈপা মমিপু য়েংতুনা সাখিপনা অতৈ অমনি খণ্ডননবা হাইতুনা মী অতৈ কৌয়ে ॥ মিতা সাইওন তৌতুনা পোকপা। সাপা তাইপঙ মীনা মীতৈ হায়না কৌখলে। সিতপগী মসকতি মিনে ॥ মিকী লাইমিং মমিংপু ঈন্নুণ্ডলোন্‌না মি কৌয়ে ॥ খুন্নুণ্ডলোন্‌ খোন্‌থোক ঈরাই ঈনিন্‌না মীত কৌয়ে। মীতকী ঈয়েকতি অসীনে (ꯃ) লেপনা খণ্ডপীও ॥০॥

---

***ঈয়ক্কী কাঙলোন ঃ-*** "মীত" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী মীওগী লৌতুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উয়িবা থুংয়েক অসী; য়ুঙনা চিংথবা লৈয়ি ২ নি, লৈয়ি অসীবু ফৈমা থৎতুনা চিংবা লৈয়ি অমনি। য়ুঙনা চিংথবা লৈয়ি ২ না মীত ২ বু পান্দম লাকপনি। অতুগা ফৈনা চিংবা লৈয়ি অমসীনা লাই হায়বা ঈয়েক অতুদি। মসীনা তাকলিবদি — মীত নাহা অনিদা লাইগী মমি তাবা অতুগী পান্দম লাকতুনা য়েকপনি।

*ঈয়েক্কী রাঙউলোন্ঃ—* অতোংআ সিদবা তাইবঙ পালবা মপুগী মসক্তি— ঈহাক ঈহাকী, মীত নাহানে মীত অনিবু তাইবঙ পালবা মপু সিদবগী মমি তাই হায়বগী মি কৌয়ে। অদুগা, মীতপু নোরা অঙাঙগী নিত্রমকমনি হায়বগী মীত নাহা (অঙাঙ) কৌই। তাইবঙ পালবা ঈখোয় অসী, ঈপাদা থা ২, ঈমাদা থা ১০ নৌ পুরগা পোকপনি। ঈপাদা থা ২ নৌ পুবা মতমদা ঈপাগী মীত নাহা অনি লোঙহুনা কোয়লৌ ৫ নি লৈরম্মী। অদুদগী পলেমগী নৌবীফমদা নোরা ঈপাল থাখি। নোরা ঈপাগ্‌ অদুনা ঈমাগী নৌবীফমদা ময়া রায়হুনা সাইওন তরা ভৌরগা তাইবঙ লমজাউ ফাউরকই।

অসীগুমহুনা, তেংবালবগীদি মমৈ তাইবঙ পালবগীদি পুকোক লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতোংআ সিদবগী মীৎ নাহা অনী লোঙ-হুনা নোরা নৌচন্ মিতমলকপদা, মি অদুবু ঈমা লৈমলেল সিদবীনা উরুবদগী তিললাং খোয়দাহুনা, তিললাং অদু মপুগী কোন্দগী তুবথখিহুনা ঈমা লৈমলেল সিদবীগী খোয়জিথাদা নোপুন ওইনা য়োমখিহুনা থা ১০ নৌ পুরগা ঈপুথৌ পাথঙবা পোবখি। অসুম তৌনা, লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতোংআ সিদবগী মীত নাহাদা থোকপা মি অদুনা ঈপুথৌ পাথঙবা ওইনা তাইবঙ লমজাউ ফাউরকই। মসীবু মি (নেগেটিভ) মী (পোজেটিভ) ওইখি হায়বগী মী কৌই। অদুগা, মীবু অতোংআ সিদবদগী তৈনরকপা মী+অতৈ=মীতৈ কৌই। ঈয়েক অসীবু লাইগী মমি তাফমনি হায়বগী ঈসুঙলোন্‌না "মি" কৌই। অদুগা তাইবঙ পালবগী কন্নক মীহৌ মীত্তাকমনি হায়বগী "মীত" সু কৌই।

# ꯄ = প ( পা )

লাইকী ফম্‌পীতি অসীনে খঙ্গীও। চুপ্‌ অমতি সিত্তপা মপুকী মমিপু ফাতুনা লেঙহন্‌ত্তনা স্নমলে। থম্‌লে। পক্‌লে হাইপকীপু পিস্নম কৌয়ে। পিস্নমকী লাইমিং মমিংপু ঈস্নঙলোন্‌না "পি" কৌয়ে। খুন্নুঙলোন্‌ খোন্‌থোক্‌ ঈরাই ঈনিন্‌না পা কৌয়ে। পা-কী ঈয়েক্‌তি অসীনে (ꯄ) লেংপনা খঙ্গীও ॥০॥

---

***ঈয়েকী কাঙলোন ঃ—*** "পা" হায়বা ঈয়েক্‌ সক্তম্‌ অসী, পা অমদি পিস্নম্‌দগী লৌহুনা য়েক্‌পনি। ঈয়েক্‌ সক্তম অসীদা উরিবা খুংয়েক্‌ অসী, লৈয়ি মন্নিগী খুংয়েক্‌নি। নাক য়েত্তা কোনথোক্‌পা লৈয়ি ২ না "পিস্নম পাগোই" অনিমি। অত্তগা, চুম্‌না চিংথবা লৈয়ি অনিনা "পা" অনিনি। অস্নম ত্তোমা পিস্নম অনি, পা অনিবু লৈয়ি ৪ না পান্নম ল্যাক্‌না য়েক্‌পনি।

***ঈয়েকী য়াওউলোন ঃ—*** পিস্নম ২, পা ২ গী মরকপু তাইবঙ পালবা মপু সিদবগী ফম্বাল লাংকমনি হায়বগী লাইগী ফম্‌বী কৌই। অস্নম ওইবা লাইগী ফম্বী অসিবু তাইবঙ মী ঈখোয়দা খঙউ হায়রি। পিস্নম ২ পা ২ গী মরকপু জেবোল্‌বা মপু সিদবগী মমি— তাইবঙ পাল্‌বা মপু সিদবগী লৈকুমনি হায়বগী

"চুপ" কৌই। অদুগা, তাইবঙ পালবা মপু সিদবা থৌরায়না তেংবালবা মপু সিদবগী মমিনি হায়রবগী "মি" কৌই। অসুম ওইবা, তেংবালবা মপুগী মমি ওইবা তাইবঙ মপু সিদবা থৌরায়বু পিসুম অমদি পা ২ গী মরক্তা লেঙহনবনা সুম্মা থম্মী হায়রবগী "পিসুম" কৌই। ঈয়েক অসিবু, পিরাং লাইজ ঈহৌরকফমনি হায়বগী ঈমুঙলোননা "পি" কৌই। অদুগা, অরা মুঙসি মতাংদা পিরাঙ লাইজ ঈহৌরক্তুনা পিরাঙ পাথরকফমনি হায়বগী খুমুঙ-লোননা পা কৌই। অমনা পিসুম অমদি পা অনিগী মরক লাইপক সালাই ফম্বান্দা তাইবঙ পালবা মপু সিদববু সুমহৎনা থম্মী হায়রবগী "পিসুম" কৌই।

# ꯅ=ন ( না )

হৈ-না মপান্ থাপা। হা-না মউ লিংপী কৌপতি ফমপী কোন্তকী নৌরা অঙাঙ মলু হুন্পা কৌয়ে॥ ঈয়েক্ মিংলেল মিংখৈ কৌপতি মুংসাপু কৌয়ে॥ কামপী মৈ। লাইচা ঈসিং মালঙপা মুঙসিত অহুম অসীপুমুং মিংলেল্ মিংখৈ নাকোং কৌয়ে। কয়াত ১১। অমতি সিংলি পাফন্ ১০৮কী লুচিংপা পাফন্লি ১০ নে। খোংলম ৯ নে। পনখৈ ৮ নে। ঈলম ৭ নে অসী খৈপিকপু মুঙতকী সিতলকতুনা তেংঙে হাইপকীপু মুঙসিত কৌয়ে॥ মুঙসিততকী সৌপতি না অনিমকনি॥ মিংলেল্ অসীপু ঈমুঙ-লোন্না মুঙ মালঙ কৌয়ে॥ খুমুঙলোন্ খোন্থোক্ ঈরাই ঈনিন্না না কৌয়ে॥ না-কী ঈয়েকতি অসীনে (ꯅ) লেপনা খঙপীও ॥০॥

---

***ঈয়েক্কী কাঙলোন্*** ঃ— "না" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী নাদগী লৌত্থনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা ঊন্নিবা খুংয়েক অসী য়েং থংবা নাগী সক্তমনি ॥০॥

***ঈয়েক্কী য়াঙ্ঊলোন*** ঃ- "হৈ" হায়বা মিংখৈ অসী, লাইনিংথৌ সালাইলেন সিদবা— তাইবঙ পাল্বা মপু সিদবগী

মিংখৈনি, পম্বৌ ঈপানি। অতুগা, "হা" হায়রবা মিংখৈ অসীনা ঈমা লৈমলেল সিদবীগী মিংখৈনি, পলেম ঈমানি। পম্বৌনা পলেমগী নৌবীফমদা নৌরা ঈপাল থাববু হৈ না মপাল থাবা কৌই। অতুগা, পম্বৌনা পীবা নৌরা মক অতুবু লৈয়া মাঙহন্তনা পলেমগী পিবুকমুঙদা ধা ১০ নৌ পুতুনা নৌরা অঙাঙনা তাইবঙ লমজাউ ফাউরকপবু, হানা মউ লিংপী কৌই। হায়বদি—ঈপাদগী লাকপা নৌরা মক অতুনা ঈমাগী নৌবীফমদা তাতুনা ঈমাগী থাগী ঈয়েল চাতুনা নৌরানা সাইওন্ ১০ ভৌজবনি। মসিবু, হৈনা মপাল থাবা, হানা মউ লিংবা হায়বনি। অতুগা, মুঙসাগী খোঞ্জেল হৈ-হাবু মিংলেল মিংখৈ কৌই। মুঙসাবু হৈ-হা কৌই, মৈ ঈশিং, মুঙসিং অহুমগী ঈমুঙলোন্ মিংখৈদি – হৈ-হা-হে কৌই। অতুনা, মৈ, ঈসিং, মুঙসিং অহুমবু মিংলেল মিংখৈ কৌই হায়রিবনি।

অতুগা, মীওয়বগী কয়াৎ ১১, সিংলি পাফন ১০৮ কী লুচিংবা পাকনলি ১০ নে, খোংলম ৯ নে পনখৈ ৮ নে, ঈশম ৭ নে, অসী খৈবিকপু সিলথুঙনা মুঙসিং লৈ। পান্দা সিৎপবু নোংসিং কৌই। নোংসিংনা হুকচাং মুঙদা সিংলি হায়বগী মুঙসাবু মুঙসিং কৌই। অতুনা হুকচাংগী না অনিবু মুঙসিংকী মরিস কৌই। ঈয়েক অসীবু, মালঙবা মুঙসিংকী মমুঙনি হায়বগী ঈমুঙলোন্না "মুঙমালঙ" কৌই। অতুগা, খোঞ্জেল পুম্নমরা নারফম (য়ৈরফম) নি হায়বগী থুমুঙলোন্না "না" কৌই। অমনা খোঞ্জেল পুম্নমক্না কোং লাউনা নারফম (থেংলফম) নি হায়বগী "নাকোং" শু কৌই।

# ꯆ = চ ( চীল্ )

মৈ। ঈসিং। নুঙসিং অহুমমক্না পুন্না চীলওকননা লৈলে হাইপকীপু চীলওকনপা কৌয়ে। তাইপঙ পালপকী হকচাঙ ওইলিপা অসীতা থৌরাই লৈলিপা খৈপিক অসীপু মঙালগা য়োমনা লৈলে। নিকহনকে হায়পকীপু রাকোনচীঙ কৌয়ে। লাইমিং ঈয়েক অসীবু ইনুঙলোন্না চীল্ কৌয়ে। চীল্কী ঈয়েকতি অসীনে (ꯆ) লেপনা খঙপীও।০।

*ঈয়েক্কী কাঙলোন্ ঃ* — "চীল" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী চীলগী মতিক্কগী লৌতুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উৱিবা খুংয়েক অসী, লৈয়ি অহুমগী খুংয়েকনি। নাক-য়েক্কা কোম্থোকপা লৈয়ি অনীনা মায়গী চায়রুং অনিসী মসকনি। অহুমগা অকৈবা লৈয়ি অমসীনা চীল্গী মসকনি ঈয়েক অসীনা মায়দা চীল পালবগী সক্তম ওয়না উহল্লি। অমনা লৈয়ি অহুম অসিনা মৈ, ঈসিং, নুঙসিং অহুম্না চীলওক্না লৈ হায়বগী পান্দমমু ওইনা উহল্লি।

*ঈয়েক্কী রাঙ্ড্রালোন ঃ* মীওইবনা, পুক্লিঙনা নিঙবা রাকম্ চীলদা কোঙদোকই। পুক্লিঙনা নিঙবা রাকমসিবু চীলনা

কোত্তদোকপা ওস্মীবা অসী, মৈ, ঈসিং, মুত্তসিং অহুমনা পুন্না চীলওরনা লৈবননি। মরম অদুনা, চীলদা মৈ, ঈসিং, মুত্তসিং অহুম্না চীলওরনা লৈ হায়বগী 'চীলওরবা' কৌই। অদুগা চীলদা তিল থোকইবা অসীনা ঈসিংনি চীলদা নিত্তসা হোম্লিবা অসীনা মুত্তসিংনি অমদি নিত্তসা অদুদা মৈসা লৈম্লিবা অদুনা মৈনি। মরম অদুনা চীলদা মৈ, ঈসিং, মুত্তসিং অহুম্না পুন্না চীলওরনা লৈ হায়রিবনি। অদুগা, তাইবঙ হুবচাং অমবু লাং-পুমলিবা মৈ, ঈসিং, মুত্তসিং, লৈপাক, নোংথৌ মঙা অসীবু থৌরায় মঙা কৌই। মঙা অসীবু হ চাংদা লৈবা থৌরায় খৈপিক কৌই। থৌরায় মঙা অসীবু মমুত্তদা লৈপাক নোংথৌ অনিনা কয়াৎ ওইনা লেপলগা, কয়াং নুত্তদা মৈ, ঈসিং নুত্তসিং অহুম্না তুত্তহনা লৈ। মীওইবনা চীলদা চিংখাক চাহনা হিঙই। মরম অদুনা, মৈ, ঈসিং, মুংসিং, লৈপাক নোংথৌ কৌবা থৌরায় মঙাবু নিকহত্তনা কাহনা থম্বা ওস্মী। মসীবু চীলগী মঙালদা থৌরায় খৈপিকপু নিখহত্তনা য়োম্না লৈবা কৌই।

অদুগা, মীওয়বনা পুম্রিংদা নিঙবা রাকম কয়াবু চীলনা চীঙ-খংতুনা পৈরগা ভাঙথোকই। চীল হায়বা অসী, রা পৈকম রাকোননি অমদি পুম্রিংবু চীলনা চীঙখংতুনা ভাঙথোকই হায়বগী রাকোন্চীঙ কৌই। ঈয়েক অসীবু পুকনিঙনা নিঙবা রাকমসিংবু চীলদা চীঙখংতুনা ভাঙথোকই হায়বগী ঈমুওলোন্না "চীঙ" কৌই। অদুগা: ভাঙবা, লাউবা, চাবা, থবপা, নোকপা, কপপা, নিঙসা

ঝোনবনচিংবা থবকসিং অসী চীলনা ভৌই। মরম অছুনা, চীলবু মথৌ চীল্লি হায়বগী শুন্নুঙলোন্না "চীল্" কৌই। অমনা চীল হায়বা অসী, রা পৈকম রাকোন্নি অমদি পুকনিঙবু চীলনা চীঙ-থংতুনা ভাঙথোকই হায়বগী "রাকোন্চীঙ" সু কৌই।

# ꯇ= ত (তিল্)

কাম্‌পী মৈ তলঙ। লাইচা ঈসিং তলঙ। মালঙপা হুঙসিং তলঙ অহুম মানা লৈতলিঁ। তলঙ ওইনা লৈলিঁকী মমিংপু তলঙ ঈপুঙ কৌয়ে॥ তলঙ ঈপুঙকী ঈয়েক অসীপু ঈহুঙ-লোন্‌না তিল্‌লাং কৌয়ে। থুহুঙলোন্‌ খোন্‌থোক ঈরাই ঈনিন্‌না তিল্ কৌয়ে॥ তিল্‌কী ঈয়েকৃতি অসীনে (ꯇ) লেপনা খঙপীও ॥০॥

---

***ঈয়েক্কী কাঙলোন ঃ-*** "তিল" হায়বা ঈয়েক্ সক্তম অসী, তিল্‌দগী লৌহ্না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুংয়েক অসী, লৈয়ি অহুমগী খুংয়েকনি। লৈয়ি অহুম অসী, অমনা মৈনি অমনা ঈসিংনি, অমনা হুঙসিংনি। তিল হায়বা পোংসক অসী, মৈ, ঈসিং, হুঙসিং অহুম্না তিম্নরগা ওল্লকই হায়বা অহু, লৈয়ি অহুমনা পান্দম লাক্কুনা য়েকপনি।

***ঈয়েক্কী রাঙউলোন্‌ ঃ-*** হকচাংগী তিল হায়বা পোং-সক অসী, মৈ তলঙ, ঈসিং তলঙ, হুঙসিং তলঙ অহুমনা তিম্নদ্রিদৈদদি, হকচাংগী ঈ ওয়না লৈরম্মী। মরম অহুম্না তিলনা তিল ওইহ্রিদৈগী মমাঙদা হকচাংগী ঈদা তিন্দুনা তলঙ ঈপুঙ

ওইরম্মী হায়বগী তলঙ ঈপুঙ কৌই। ঈয়েক অসীবু মৈ, ঈসিং, মুঙসিং অহুমনা তিন্নবা মতৌক্তগী লাংওল্লকপনি হায়বগী ঈন্নুঙ-লোন্না "তিল্লাং" কৌই। অহুগা, তিল হায়বা পোৎসক অসীদা, মৈ, ঈসিং, মুঙসিং অহুম্মক তিল্লে হায়বগী খুন্নুঙলোন্না "তিল" কৌই। অমনা, তিলনা তিল ওইহন্দ্রিবগী মমাঙদা হকচাংগী ঈদা তিন্দুনা তলঙ ঈপুঙ ওইনা লৈরম্মী হায়বগী "তলঙ ঈপুঙ" সু কৌই।

# ꯈ = খ ( খৌ )

হে মী লাই ওইপসা তাগীও। হাইলপনে। সনা চঙকী মতিকনে খঙপীও॥ ময়াই থোঙকা কৌপতি খৌনাউপুনে॥ তাইপঙ পালপা অমা মানে। মাঙতা হাইখিপা সিঙথাকম কৌপতি পানে। সিতপা মপুনা ঈমাও থোঙতা থুংনা লৈলে হায়পকীপু ঈনুঙলোন্না খৌ কৌয়ে। খুনুঙলোন্ খোঙ্তোক ঈন্নাই ঈনিল্না খৌতাং কৌয়ে॥ খৌকী ঈয়েকতি অসীনে (ꯈ) লেপনা খঙপীও ॥০॥

***ঈয়েক্কী কাঙলোন ঃ-*** "খৌ" হায়বা ঈয়েক সক্তম্ অসী খৌতাং ( খদাং ) গী সক্তমদগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উন্নিবা থুংয়েক অসি, চেপয়াননা উবা মায়থোঙদগীনা খদাং অমদি ঙক ফাওবগী সক্তম অহুদগী লৌহুনা য়েকপনি।

***ঈয়েক্কী ৱাঙউলোন্ ঃ-*** মী লাই ওইবসিংদা তাউ হায়রি। মীওয়বগী খৌতাং হায়বা অসী, কোক্কী মরু ওইবা পোৎসক অমনি। কোক্কী মসাদা খৱাইদগী হেন্না থবক তৌরিংদি খৌতাংনি। চাবা থকপা, ঙাঙবা সনপা, সোলবা, নোকপা, কপপা

অমদি নিঙসা হোনবনচিংবা থবক ময়াম অসী ভৌই হায়বগী খৌতাংবু কৌক্র সনাচাঙগী মসক ওইবা কোকী মতিক কৌই। মসীবু মীওইবা ঈখোয়দা খঙউ হায়রি। অদুগা, খৌনাউবু ময়ায় খোঙ কৌই। ময়ায় খোঙ কাথোকহল্লিংদি খৌতাংননি। খৌ-তাংনা কাদুনা চাই, থকই, নোকই, কপপী, ঙাঙই, সকই, সোল্লি অমদি নাতোন্দা নিঙসা কুল্লবদস্থু খৌতাংনা চীল কাদুনা নিঙসা হোল্লি। অস্থুম ভৌনা ঈখোয়না খৌতাংগী মপান্ তাংদুনা তাইবঙ মী অমা ওইবা ওম্মী হায়বগী "তাইবঙ পালবা অমা মানে" হায়না হায়রি। অদুগা, খৌ ঈয়েকী মমাঙদা পুয়াগী রাহৌথোক্তা সিঙথাকম হায়না চৈসিঙ ১০ খক পীরি। চৈসিঙ ১০ অদুদি— মীওয়বগী সাইওন ১০ হায়বা অদুনি সাইওন ১০ বু থা ১০ হায়না খঙনৈ সাইওন ১০ গী থা ১০ বু করিগীদমক "খৌ" ঈয়েকী মতাংদা পল্লকইবনো হায়রবদি— মীওয়বদা ঈমাগী পীবুকন্নুওনা সাইওন ভৌদুনা থা ১০ লৈরকপা মতমদা নাতোন ফুন্দুনা নিঙসা হোন্বা য়াদ্রবদা, খৌতাংনা চীল কাদুনা নিঙসা হোল্লি। অস্থুম ভৌনা, খৌতাংগী মপান্ তাংদুনা সাইওন ১০ মপুং ফাদুনা তাইবঙ ফাউবা ওমলকইবনি। অমদি— তাইবঙ ফাউরকপা মতমদা খৌতাংগী মপান্ তাংদুনা হুংঙা কৌবা মিংলেন্ মিংখৈবু সোলবা ওমজরিবনি মরম অসীনা, সাইওন্ ১০ গী থা ১০ বু খৌ ঈয়েকী মতাংদা পল্লকপনি।

অদুগা, মীওইবগী মায়বু ঈম'ঙ কৌই, চীলবু খোঙ কৌই। মালং নোং অহাঙবদা সিংপবু নোংসিং কৌই। হুকচাংনুঙদা

সিংপা নিঙসাবু মুঙসিং কৌই। নোংসিংপু সিদবা মপু কৌই, মুঙসিংপু থৌরায় সিদবা কৌই। অসুম ওইবা পান্দা সিংপা নোংসিংনা মীওইবগী মাইয়োক্তা থুংনা লৈ হায়বগী সিদবা মপুনা ঈমাঙ থোঙদা থুংনা লৈ হায়রি। মীওইবা ঈখোয়না পান্দা সিংপা নোংসিংকা মুঙদা সিংপা নিঙসাগা অনি সয়নহৃনা হিংই। নোংসিংকা নিঙসাগা অনিবু সয়নহল্লিবদি— খৌতাংনা কাহৃনা সমনহন্‌বনি। ঈয়েক অসিবু, মীওইবনা খৌতাংগী মপান্ তাংহৃনা হিংই অমদি মীওইবগী অরোইবা মতমদস্থ খৌতাংদা নিঙসা তংথি। সিবা হায়বা থবক অসিবু, মীওইপোক হায়বা মপোক অসিদা মপু মানা উলরিরক্লবনি হায়বা খংনা খঙনা মীওইবনা সিববু কি। কিববু খৌনা কৌই। মরম অহৃনা, খৌতাংবু খৌফম (সিফম) নি হায়বগী ঈহুঙলোন্‌না "খৌ" কৌই। অহৃগা মীওইবনা ঈমাগী পীবুকমুঙ-দগীনা অরোইবা মতম ফাওবদা খৌফম ওইবা খৌগী মপান্ তাংহৃনা হিঙই হায়বগী খুনুঙলোন্‌না "খৌতাং" কৌই। অমনা, সনাচীঙ কৌব্রু ( কোক ) গী মতীকনি হায়বগী "সনাচীঙগী মতিক" সু কৌই।

## ꯉ = ঙ ( ঙৌ )

মালঙ্ মুঙ্সিততগী সৌপতি লাইপুঙথৌ ৭ কী পন্থৈ চনা থৈলপা। উমংলাই অসীকী মনুঙতা লৈপা লাইনিঙথৌ লাই-লেলমা অনি মাকী তুলে। অতুকী অথুম্পা মচুমতগী সৌপতি থোইনে। ঙক্সমনে অনি মানে। মমিত্ অনি মাতি লাই অপিসানে। লৈচঙতগী সৌপতি ঙৌনে। হে মী,ওইপসা' লেপনা খঙপীও। ঈয়েক্ অসীপু ঈমুঙলোন্না ঙৌ কৌয়ে। খুঙলোন্ খোন্থোক্ ঈরাই ঈনিন্না ঙক কৌয়ে। ঙৌগী ঈয়েক্তি অসীনে (ꯉ) লেপনা খঙপীও ।০।

---

*ঈয়েককী কাঙলোন্ঃ—* "ঙৌ" হায়রবা ঈয়েক্ সক্তম্ অসী, ঙক্কুগী লৌহুনা য়েক্পনি। ঈয়েক্ সক্তম অসীদা উন্নিবা থুংয়েক অসী, লৈয়্যি মরিগী থুয়েক্নি। লৈয়্যি ৪ গী মনুঙদা পেনা চৈজিং মান্বা লৈয়্যি অসীনা ঙকী মসক্নি লৈয়্যি অমনা থুংকী মসকনি, লৈয়্যি অমনা হুকচাংগী মসকনি, লৈয়্যি অমনা থোঙগী মসকনি। অম্মুম তৌনা হুকচাং লাংপুম অমবু লৈয়্যি ৪ না পান্দম লাক্লগা হুকচাংদা ঙক পানবা মন্নোঙ মান্না য়েক্পা ঙৌ ঈয়েককী সক্তমনি।

ঈয়েক্তী রাঙ্‌উপ্রোন ঃ— মীওইবা ঈখোয় অসী, ঈপাগী কথী ঈলিক অমনা সাইওন্‌ লাংওন তৌরকতুনা ঈহাক ওইরিবনি। ঈপাগী কথী ঈলিক অহুবু নিঙসানা লোংসিন্দুনা মুঙসিংকা; নোংসিংকা সমহনবা মরমনা কথী ঈলিক অহুনা সাইওন লাংওন তৌহুনা ঈহাক ওয়রিবনি। অসুম তৌনা, ঈপাগী কথী ঈলিক অহুবু নিঙসানা লেঙসিন্দুনা মুঙসিংকা, নোংসিংকা অনি সমনবা মরমনা সাইওন-লাংওন তৌহুনা ঈহাক ওয়রিবা অসী মালঙবা মুঙসিঙগী সৌবা কৌই। মালঙ মুঙসিঙগী সৌরক্‌পা তাইবঙ হকচাং ওইবনা অরোয়বা (সিবা) মতমদা নিঙসা মাঙখ্রিবনি। অতুগা, মীওইবগী হকচাং লাংপুম অসীবু, তাইবঙ পালবা মপুগী উমং কৌই। অসুম ওইবা, মপু মাগী উমং ওইবা তাইবঙ হকচাং অসীনা, লায়না থবক পাঙথোকপা ঙমসিবদি হকচাংগী থোঙলোন ৯ ননি মরম অহুনা, মপু মাগী উমং ওইবা তাইবঙ হকচাং অসীগী থোঙলোন ৯ বু উমংগী লাইনি হায়বগী উমংলাই ৯ কৌই। অতুগা উমংলাই ৯ অসীগী হৌরক্‌ফমদি,— পনখৈ ৮ দগীনি। মতুদি — মীৎ ২গী হৌয়কফম পনখৈ অমদগীনি, নাতোন অনিগী হৌরকফম পনখৈ অমদগীনি, নাকোং অনিগী হৌরকফম পন্‌খৈ অমদগীনি, ঈসিং থোঙগী হৌরকফম পন্‌খৈ অমদগীনি, ত্রিল্‌ থোকফম্‌গী হৌরকফম্‌ পন্‌খৈ অমদগীনি। মসীবু উমংলাই ৯ পন্‌খৈ ৮ কৌই।

অত্তুগা, মীওইবগী হকচাং লাংপুম্ অসী, পল্লেম্-পম্বৌ অনিনা তুসিন্দুনা লাংপুম্বনি। য়েৎনা পম্বৌ ঈপানি, য়োইনা ঈমানি। অমদি য়েৎনা লাইনিঙথৌ সালাইলেস্ অতীংআ সিদবনি, য়োইনা ঈমা লৈমলেল্ সিদবীনি। মরম অত্তুনা, তাইবঙ হকচাং অসীবু লাইনিঙথৌ, লাইলেলমা অনিনা তুনা লৈ হাববরিবনি। অত্তুগা, হকচাংগী মনুঙদা পুকনিঙগী তুঙফম ওইরিবা মফমবু খোয় কৌই। পুকনিঙ হায়বা অসী, অচুম্বা অমত্তা ভৌদে; অরালবা অখোয়বা ভাক্তা ভৌই হায়বগী পুকনিঙগী তুঙফমবু খোয় কৌই। মীওই-বনা চাবা চিঞ্জাক্কী ময়াইদগী পুরিং পোক্‌ই, পুক্রিংবু খোয় কৌই। মরম অত্তুনা খোয়বু অথুম্বা মচুমদগী সৌই হায়রিবনি অত্তুগা চিঞ্জাককী অথুম্বা মচুমদগী খোয় পোক্‌পগুম, চিঞ্জাক্কী মহাউনা ভৌ (ভক) তম্ব অরাম খৌরাঙহন্দুনা ভৌ ভৌ লাউহল্লি হায়বগী ভৌ কৌরিবনি। অত্তুগা, মপু মানা সেম্বীবা তাইবঙ হকচাং অসীগী মনুঙদা মীৎ অনি অসীনা অথোইবনি। মীৎনা নমজিংতুনা ঈখোয়না স্থবা চৎপা ঙম্মীবনি, অপাম্বা, ফজবা, অথিবা খুঙপা ঙম্মীবনি। অমদি — মপু মাগী ওকনা ফজরবা খুংসেমবু মীৎ অনিদা হাপচত্তুনা পেন্না য়েংজরিবনি। মপু মহাকী ফজরবা সক্তম হুংসিবা অত্তুবু, মীৎ অনিদা মমি তাম্বিবনি। মরম অত্তুনা, মীৎ অনিবু মপু মানা সেম্বীবা তাইবঙ হকচাং অসীগী মনুঙদা অথোইবা ওইনা পীনবিরকপনি হায়বগী লাই অপিসা কৌরিবনি।

অতুগা, মীওইবগী হকচাংবু খোৌরায়না চঙহুনা লৈ হায়বগী লৈচঙ কৌই। মীওইবগী হকচাংদা খোৌরায়না চঙহুনা লৈবা মরমনা অরাম-খোৌরাঙ পোকহল্লুনা ঙৌ ঙৌ লাউহল্লি হায়বগী ঙৌবু লৈচঙদগী সৌই হায়রিবনি। ঈয়েক অসীবু অরাম-খোৌরাঙবনা ঙৌকমনি অমদি সিরমদাইদসু ঙৌহুনা সি হায়বগী ঈনুঙলোননা "ঙৌ" কৌই। অতুগা মীওইবনা হিঙলিঙৈদসু অরাম-খোৌরাংবনা ঙৌ ঙৌ লাউহল্লি, সিরমদাইদসু ঙৌহুনা চরম্ন কংহল্লগা সি। মসিবু ঈনুঙলোন্না "ঙৌ" কৌই। অতুগা হিঙলিঙৈগী অরাম-খোৌরাঙবনা ঙৌবগা, সিরমদাইগী চরম কাংহুনা ঙৌবগা অনি পুন্না সেম্বা মপু মাগী অঙকপা খুংসেমনি হায়বগী খুনুঙলোন্না "ঙক" কৌই। অমনা, হিঙলিঙৈগী অরাম খোৌরাঙবনা ঙৌবগা, সিরম-দাইগী চরম কংহুনা তৌবগা অনি সম্না সেম্বা মপু মাপী অঙকপা খুংসেমনি হায়বগী "ঙকসমসু" কৌই॥

# ꯊ= থ (থৌ)

হে মী লাইকা তৈনলপসা! য়েন অমা হাইকে। লৈপাক চাউই। লৈপাক ফৈয়ে। মৈনে। ঈসিংনে। লুগুসিতনে অহুম মাকী লিখুন্‌পু খগুলপন্নুং ফৈয়ে। লৈপাক অহিংগীতেরী সৌথতলকপাতি লৈনে। অমনা অমনা খগুলপতি লৈপাক হাইয়ে। ময়েং তাইয়ে। ঈসিংতকী সৌপতি ঈখোমনে। তাইপাঙ থৌজাইনে। ঈয়েক্‌ খোনখোক অসীপু ঈমুঙলোন্‌না থৌপাক কৌয়ে। মুঙলোন্‌ খোনখোক ঈরাই ঈনিন্‌না থৌ কৌয়ে। থৌকী ঈয়েকতি অসীনে (ꯊ) লেপনা খগুপীও ॥০॥

***ঈয়েক্কী কাঙলোন ঃ*** "থৌ" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, থৌপাক্তগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসিদা উরিবা খুংয়েক অসী, থৌপাক্তা খোম্‌ অনি পান্‌বগী ময়োঙ মান্না য়েকপনি। হায়বদি থৌপাক্কী সক্তম অহুমক য়েকপনি।

***ঈয়েক্কী রাঙউলোন্‌ ঃ-*** লাইগী মসিদগী তৈনরবা মী + অতৈ = মীতৈদা হায়রি। থৌপাক চাউববু, লৈপাক চাউবা, লৈপাক ফবা কৌই। হায়বদি— হকচাং ফবা কৌই। অতুগা থৌপাক চাউদবা, নোয় পেন্দবা মীসু—মৈ, ঈসিং, মুঙসিং অহুমগী লিখুন খগুনা মুবা, চংপা, চাবা, থকপা, তুম্বা অমদি হকচাং সাজেম্নচিংবা তৌরবদি হকচাং ফৈ। মসীবু — মৈ, ঈসিং, মুঙসিং

অহুম্গী শিখুন থঙবা কৌই। অদুগা মীওইবগী হকচাং অসীবু মৈ ঈবতুনা সেম্বা নত্তে হায়বগী লৈপাক অহিঙগী কৌই। মালেমগী হৈ লৈসিংনা মপুঙ ফায়কলগা হৈপান্ লৈপান্ সারক্-পশুম, মীওইবগী খোমস্থ সায়েপ ফায়কপা মতমদা মপুঙ ফারকই। অসুম তৌনা খোম্না মপুঙ ফারকপবু হকচাংদগী সাংলক্পা লৈনি হায়বগী লৈপাক অহিঙবীদগী সৌরক্পা লৈ কৌই। অদুগা মপু মানা পোকলকত্রিবা নৌয়া অঙাঙসিংগীদমক্তা হায়া চিঙ্গাক পৈহুনা থগীরিবদি পলেম্ ওইবীশিংগী খোম্লাং অনিতনি। অসুম তৌনা, মপু মানা পোকত্রিবা নৌয়া অঙাংসিংগীদমক্তা চিঙ্গাক পৈবিরিবা অসীবু, মুপা ওইবসিংগী কল্লক মীহৌ মীংয়েংনা উরবদি নৌয়া অঙাঙসিংগীদমক্তা চিঙ্গাক পৈহুনা থম্মীরিবনি হায়বা কাউ-খিহুনা কল্লক মিহৌ হকচাংনি হায়না লৌহুনা মীতারুই। মরম অহুনা, কল্লক মীহৌ তীয়া চীকতুনা য়াইবী লৈমন চল্লি হকচাং মথেং তাই। মসীবু, লৈপাক হাইবা (হকচাং) হাইবা কৌই। অদুগা হকচাংগী ঈদগী সৌবদি পলেম্ ওইবীসিংগী খোম্লাং থুমথোইবীনি। অসীগুম্বা খোম্লাং থুমথোইবীবু, মচা ওইবনা থকতুনা য়াইবী শৌরাই হিঙনৈ হায়বগী তাইবঙ থৌরায়নি হায়না হায়রি। ঈয়েক্ অসীবু, হকচাংগী থরাইদগী পাক্পা, হকচাং কয়াংসিংবু থৌম্বিবা মরৈ (ইঞ্জিন) নি হায়বগী ঈমুঙলোন্না "থৌপাক" কৌই। অদুগা, থৌপাকনা হকচাং কায়াংসিংবু থৌই হায়বগী থুমুঙলোন্না "থৌ" কৌই। অমনা, হকচাংগী ঈদগী খোমলাং খোমগংলকই হায়বগী "ঈখোম্" কৌই।

# ꯔ=ৰ (ৰাই)

সিঙপা মপুন্না মী। সা। ঙা। হুংগোই। য়োং। ভীল্। কাঙ। ৰাহি। খালৌ। কাউচেং। হৱিং। খোয়া। ভুমীত। য়ুলান খোংলি লাউলিপা খৈপিক্কী থৌৱায়প্পু লেঙহন্‌ভনা মপুকী কোন্‌চিঙা খম্‌না লৈয়ে হাইপকীপু খমনং কৌয়ে॥ খমসঙ অতুকী মন্নুংতা থৌৱায় লৈ হায়পকীপু ৰাইসং কৌয়ে॥ ৰাইসঙ অতুকী মন্নুংতা লৈপকী মীংলেল্ মিংখৈতি হা-হা হুঙ-হুঙ কৌয়ে॥ হে মীও! পঙনা হাইকনো? নহাক নিঙও॥ তাইপঙ লাইনিঙ থৌকী মালঙ ৰাই কৌপতি অসীনে। মন্নুং কৌপা কংলৈতি অসীনে। ঈয়েক্ খোম্‌থোক্ অসীপু ঈন্নুংলোন্‌না ৰা কৌয়ে॥ খুন্নুংলোন্ খোনথোক্ ঈৰাই ঈনিন্‌না ৰাই কৌয়ে॥ ৰাইকী ঈয়েকৃতি অসীনে ꯔ লেপনা খংপীও ॥০॥

---

***ঈয়েক্কী কাঙলোন*** :- "ৰাই" হায়বা ঈয়েক্ সক্তম অসী, থম্মোয়দগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম্ অসীদা উৱিবা খুংয়েক অসী. লৈয়ি অহমগী খুংয়েকনি। নাক-য়েত্তা কোনথোকপা লৈয়ি অনীনা থোপাকী নাকন্ অনিনি। অহুগা ৬ই থংবা

থৌপাক নাকন্সী মসক্ ওইবা লৈম্রিদগী কৈনা কায়ন্ ইনখৎলকপা লৈপ্রি মতেক অসীনা, থম্মোয়সী মসকনি। মসীনা, ওই থয়েল থৌপাক নাকন্দা থম্মোয়না লৈবা অহু উহল্লা য়েকপনি।

*ঈয়ঙ্গী রাগুউযেন* ঃ— সিদবা মপুনা লেপ্লীবা মী, সা, শা, খোংলি লাউরিবা পুম্নমক অসী, মাগী মাগী থম্মোয় অমমম লেপ্পী, অমুম ওইবা, মাগী মাগী থম্মোয়দা সিদবা মপুগী কোন্দগী চিথরকপা মরিক অমমমনা থৌরায় ওইবীহুনা মাগী মাগী থম্মোয়দা ভুগুহনা লৈবী। অহুগা, মপু মাগী মরিক ওইবা থৌরায়বু মাগী মাগী থম্মোয়না লেগুহনৃতনা ফাহনা থম্মী। থৌরায়না মীওইবগী পুম্নিনা খমত্রি ফাওবা সগুহনা লৈ। মরম অহুনা, মীওইবগী পুম্নিনা খমত্রি ফাওবা থৌরায়না থম্মোয়দা সগুহনা লৈ হায়বগী থম্মোয়বু "খমসগু" কৌই। অহুগা, থৌরায়না থম্মোয়বু মমুম ওইহনা লৈবদি — মতম খয়দংগীদমক রায়হনা লৈবনি। থম্মোয়না থৌরায়বু লেগুদনা (পার্মেনেন্ট) ফাহনা থম্বা ঙমদে। মীওইবগী পুম্নিনা খম্বা মুমিত্তা থৌরায়না থম্মোয়বু থাদোকতুনা চৎখি। মরম অহুনা, মীওইবগী থম্মোয়বু থৌরায়না রায়হনা মমুম ওইবদি মীওইবগী পুম্নিনা খম্বা ফাওবদং সগুবীবনি হায়বগী থম্মোয়বু "রায়সগু" কৌই। অহুগা থৌরায়না থম্মোয়দা লৈবদি পলেম্ পম্মৌ সরক্না লৈ। পলেম্ হায়না সোগ্গবমু ঈবুগুঙো মহাকপুনি, পম্মৌ হায়না সোগ্গবমু ঈবুগুঙো মহাকপুনি,

মিংলেল্ মিংথৈ অনিমকপু ঈবুঙো মহাক্কী মিংথৈনি। মরম অদুনা, ঈমুংলোন্গী মিংথৈ "হা-হা" (ইমা-ইমা), "হুঙ-হুঙ" (ঈপা-ঈপা) অসীবু থৌরায়গী মিংথৈ কৌই হায়রিবনি। অমনা থৌরায়না থম্মোয়দা লৈবদি মাপলবা মুঙসিংকী মসক ওইনা লৈ, য়াইবীনা লাইজ ঈগী মসক ওইনা লৈ। অনিমক্কী মিংথৈবু ঈমা-ঈপা, পলেম-পম্বৌ কৌনা থৌরায়গা য়াইবীগা অনিনা থমোয়দা লৈ। মসীগী মিংথৈবু হা-হা (পলেম ইমা), হুঙ-হুঙ (পম্বৌ ঈপা) কৌই। অদুগা, তেংবলাবদা লৈরিবা অচৎপা চত্তবা হায়রিবা পুন্নমক অসী, ঈবুঙো মহাকনি। অসীগুম্বা মসীঙ থীঙমদবা মরোঙ ময়াম অসীবু, মরোঙ লৈতবা (নিরাকার ব্রহ্ম) কৌই। অদুগা, মপু মাগী অরেপ্পা সক্তম্দি ঈহাকনি। ঈহাকপু সক্তম নায়বা (স্বকার ব্রহ্ম) কৌই। ঈহাক্কী মনুঙদা মপু মহাক্না "ঐ" কৌনা লৈ। ঈখোয়না "ঐ" হায়রিবা অসী, মপু মহাকপুনি। অম্মুম ওইবা মপু মহাক্না ঈহাক্কী থম্মোয়বু ময়ুম ওইদুনা লৈবিরিবা "ঐ" কৌবা মপুবু নিঙও, পঙদুনা হায়দোক্কনো হায়রি। (হায়বদি ঈহাক্না "ঐ" বু নিঙজগদবনি, "ঐ" হায়বা অসী, মপু মহাকমক্নি। হকচাং পোল্লাংনা উপতুনা "ঐ" বু থমখিবা মরম্না মুংসি থৌইবা চেক্লা মাবু তাইবঙগী মীৎ অসীনা উজবা ঙমদে। মীৎনা উবা ফঙদে হায়দুনা তরঙ ওইনা লৌবদি অপঙবা ওয়। "ঐ" কৌবা মপুগী মমিবু ঈহাকনে, ঈহাকপু মপুগী সক্তম ওই। "ঐ" কৌবা মপুগী সক্তম অরেপপনে। মরম অদুনা "ঐ" বু নিঙবা তাইবঙনা মপু

মাকপু কঙজখি হায়না কংলৈতা অসৈবসিংনা (কবি) সৈথারিবনে।

অচুগা, তাইবঙ পালবা মপু (থৌরায়)না থম্মোয়দা লৈবদি মালঙ মুংসিংবকী মসক ওইনা মতম থুরনীদমক রায়চুনা লৈবনি হায়বগী "মালং রায়" কৌই হায়রি। অচুগা হকচাং মুঙগী থম্মোয়বু মপু মাগী কংলৈ (মরেবাক) নি হায়বগী "মমুঙ কংলৈ" কৌই হায়রি। ঈয়েক্ অসীবু, অরা অনা কয়াগী মৈসা লাংকমনি হায়বগী ঈমুঙলোন্না "রা" কৌই। অচুগা, থম্মোয়বু তাইবঙ পালবা মপু (থরায়)না রায়চুনা লৈ হায়বগী খুনুলোন্না "রাই" কৌই। অমনা— মীওইবগী থম্মোয়দা থৌরায় সিদববু থম্মী তৌইগুবসুং লেঙদনা (পার্মেনেন্ট) থম্বদি ঙমদে। মরম অচুনা, থৌরায় সিদববু থম্মোয়দা থম্মী, লেঙদনা থম্বদি ঙম্মোয় হায়বগী "থম্মোয়" কৌরিবনি। থমমোয়বু তাইবঙ পালবা মপু সিদবা লাই মাগী ময়ুমনি হায়বগী "লাইয়ুম" সু কৌঈ।

# ꯈ — য় (য়াঙ)

সিতপা মপুংতি তাইবঙ পালপকী মাইকী অয়ুংপা রাকোন্‌কী চনিঙতা লোন্‌না লৈলে হায়রপকী লোন্‌চী অলিপা য়াঙপী কৌয়ে। তিংপালপা মপুনা অয়ুংপা রাকোন্ কোলাংতা কাউলকলে হায়রপকী ঈমুঙলোন্ কৌয়ে। ঈমুঙলোন কৌপতি মপু মাকী নিঙসাকী মসকনে॥ মসীপু লাইকী লোলনে।। মপু সিতপনা রাকোন্ কোলাং চীংতোন্‌তা তাঈবঙ পালপা মপুপু খুন্‌থোকহললে হায়রপকী খুমুঙলোন্ কৌয়ে ॥০॥

তাইপঙ পালপা পুম্নমকনা কায়াত ১১। পাফনলী ১০। কৈতোম ৯। পনখৈ ৮। লিকলম ৭। খোংলম ৩ মাতা য়াঙনা ঙাললে। থৌরায় লৈলিপা খৈপিকনা তাইবঙ পালপকী মপাক্তি অসীনে হাইনা পুম্নমকনা নোললে। সিতপকী মমিনা থা ওইনা হুনথলকলে হাইপকী চেললৈ য়েক কৌয়ে॥ খুমুঙ লোন্ খোন্‌থোক ঈরাই ঈনিন্না য়াঙ কৌয়ে ॥ য়াঙকী ঈয়েকতি অসীনে (ꯈ) লেপনা খঙপীও ॥০॥

---

*ঈয়েককী কাঙলোন.:—* "য়াং" হায়রবা ঈয়েক সক্তম অসী য়াঙদগী লৌহনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা

খুংরেক অসী, সিদবা মপুদা খুরুমদগী লৌহুনা রেকপনি। হায়বদি —খুরুবা মতমদা উবা য়ওগী ফিবম অহুদগী লৌহুনা রেকপনি।

ঈরেন্নী য়াঙউশ্রান্ :— মীওইবগী কোকপু রাকোন্ কৌই। লাইপকপু মায়গী অমুওবা রাকোন্গী চনিং কৌই। সিদবা মপু মঙোন্দগী অহানবা পোৎ অমত্তা তেংবানবা অসীদা লৈতে হায়বগী মপু মহাকপু "অরীবা" কৌই। অহুগা, মপু মহাক্না হুকচাংগী থৌরায় ওইহুনা কনাবুসু খওহন উহন্তনা হুকচাং মুওদা লোম্না লৈরগা তাইবঙ চাদা নৌদাহল্লি হায়বগী "লোনচা" কৌই। অহুগা ঈবুঙঙো মহাক্না হুকচাং মুওদা লোম্না লৈরগা তাইবঙ চাদা নৌদাহল্লকপা মতমদা, চা ওইগদৌরিবা ঈসিক অহু হুকচাংগী য়াঙদা পীরকই হায়বগী "য়াঙপী" কৌই। হায়বদি সিদবা মপু অরিবা লাই মহাক্না তাইবঙ হুকচাংগী লাইপক্তা কম্বাল লাংথিহুনা কনাবুসু উহন্তনা লোম্না লৈরগা চাদা নৌদাহনবী। ঈবুঙঙো মহাক্না তাইবঙ চাদা নৌদাহল্লকপা মতমদা চা ওইগদৌরিবা ঈসিক অহু হুকচাংগী য়াঙদা পীথিরকই হায়বগী "লোন্চা অলীপা য়াঙপী" কৌই। অহুগা, য়াঙগী মীংলেল্ মিংথৈ অমনা রাকোন্-পুঙ (কোক) দগী ঈসিক তারকফমনি হায়বগী "পুঙতালিক" কৌই।

অহুগা, তেঙবালবা মপুসিদবনা, তাইবঙ পালবা মপু থৌরায় কৌবনা মীওইবগী রাকোন্ (কোক) মনুঙদা লৈবা ফোলাং

(থোক) দা ফম্বাল লাংতুনা লৈবীবনা তাইবঙ মীলোল থোকহ্রিবা নোৱা অঙাঙনা তাইবঙ লমজাউ ফাউরকপা মতমদা "হুংঙা" হায়বা মপুগী মিংখৈ সোল্লবই। অমনা, "হৈ-হা" হায়বা সিদবা সিদবী অনিগী মিংখৈবু নিঙসা খোঙ্গেল ওইনা সোল্লকই। মসীবু মপু মহাক্না মীওইবগী কোক মনুংদা লৈবা থোক (ব্রেন) তা ফাম্বাল লাংতুনা লৈবীবা মরমনা নোৱা অঙাঙবু ঈবুঙঙো মহাক্না মহাক্কী মিংখৈবু সোলহল্লকপনে মরম অতুনা ঈবুঙঙো মহাক্না তাইবঙ ঈমুঙদা লৈরগা লোলহল্লকপা লোলনি হায়বগী ঈমুঙলোন কৌই। অতুগী, ঈমুঙলোনবু তাইবঙ হকচাং মুঙদা মপু মহাক্না লৈরুগী ঈরাই ঈনিননি হায়বগী মপুগী নিংসা কৌই। নিঙসাবু লাইগী লোল কৌই।

অতুগা সিদবা মপুনা সাইওন তৌহনা লাইনিংথৌ সানামাই-লেম্বু সিদবা কৌনা সাইওল্লে। অমনা, মপু সিদবা মহাক্কী মঙ্গোনা কৌবীনা, লৈমলেম্ব সিদবী কৌনা সাইওল্লে। অদুম ওইনা লাইনিংথৌ সানাইলেলপী অমি অসিদি তাইবঙ অপোকথোঙ (যোনী) দা পোকপা মতেং মপু মহাকমকমা লেপনা সাইওনবা লাইনি। অনিমকনা তুগা লাগা ওইতুনা তাইবঙপান কৌবা কুমহৈবু হৌদোকখি। অনিনা তাইবঙ কৌবা মহয়বু পালইনগে হায়বগী; সনা ফম্বাললাংদা কুমতুনা পোলপী চীলওরকনা লাই-নিংথৌগী সনা মিলেলবু লাইলেলপীগী খোইজি খাদা তুংশিন্না

থা ১০ নৌ পুন্নগী ঈপুথৌ পাখঙবা পোকখি। অমুম ওইনা লাইগী মহৈরবু তাইবঙ মী ওইনা পোকখিবা মসীবু লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংঙ্গা সিদবা — তাইবঙ পালমা মপু লৈমরেল সিদবীগী পিবুকমুংদা সাইওন তৌদুনা লৈমলেল সিদবীগী খুন (যোনী) দগী পাখঙবা কৌনা লাংওন তৌদুনা থোরকপা অসীবু তাইবঙ পালবা মপুনা খুনথোকপা কৌই। অমুম ওইনা লাইনিঙথৌ সালাইলেল সিদবনা নমু মী ওইনা লাংওন্দুনা খুন দগী থোরকলগা লৌলবা লেংলবু খুনুঙলোন (মীলোল) কৌই।

অতুগা, মালেম তাইবঙ পালবা অসী, ঈহাক লৈত্রিঙৈদদি অমমনি। ঈহাক ওইনা পোকলরবদা অঙাংবা কৌরিবনি। মী ওইবনা কয়াত ১১, পাফনলী ১০, ফৈতোম ৯, পনথৈ ৮, ঈরম ৭, খোংলুম ৬ অসী খৈবিক ওইদুনা মালেম তাইবঙ পালবা অসীদা ঈহাকনা ঙাঙরিবা অসী, ঈহাকনা ঈপাগী হকচাং মুঙদা ঈল্লিক ওইনা লৈরম্ববু তাইবঙ পালবা মপু সিদবনা লোংদমবীদুনা ঈহাকপু ঈপাগী, য়াওদা হুন্নম্ববিরকতুনা মালেম তাইবঙ পালবা অসীদা ঈহাক ওইনা ঙাঙরৈ হায়বগী "য়াঙনা ঙাল্লে" হাযরি। অতুগা, মৈ, ঈসিং, মুঙসিৎ, লৈপাক, নোংথৌ মঙাবু থৌরায় খৈবিক কৌই। অমুম ওইবা, থৌরায় মঙানা লাংপুগা ঈহাক্না মালেম তাইবঙ পালবা অসীদা ঙাঙরিবদি তাইবঙ পালবা মপু অসীদা ঈহাক সিদবনা ঈহাকপু য়াওদা হুন্থবিরকতুনা মালেম তাইবঙ

পালবা ওইদুনা ভাঙ্গরিবনি। মরম অদুনা সেগৈবা মপু মহাকপু তাইবঙ পালবা পুন্নমকী মপানি হায়বা খওদুনা তাইবঙ পালবা পুন্নমল্লা ঈবুঙো মাগী মফমদা নোঠৈ। (অস্থুমা নোঙবা ফিবমদ য়াওহায়বা ঈয়েক অসী য়েকই।

অদুগা মীওইবা ঈপোয়বু লাইগী মমিনি হায়বগী সিদবগী "মমি" কৌই। সিদবা মপুগী মমি ওইবা ঈহাকপু ঈপাদা থা অনি নৌ পুহল্লগা উপাগী য়াওদা হুম্থবিয়কই হায়বগী "থা ওইনা হুম্থরকলে" হায়রি। অদুগা য়াওবু ফম্বী য়েন্না হঙ্গৎ হন্দা চেলহুনা লৈফমনি হায়বগী "চেললৈ" কৌই হায়রি। অদুগা হঙ্গং হন্দা চেন্দুনা লৈরিবা ফম্বী য়েন্না নৌরা মরো অমা য়েকই (সেম্মী) হায়বগী "য়েক্" কৌই হায়রি। ঈয়েক অসীবু, ফম্বী য়েন্না হঙ্গৎ-হন্দা চেলহুনা লৈরগা নৌরা মওং অমা য়েকই হায়বগী ঈহুওলোম্না "য়েক্" কৌই। অদুগা, ফম্বী য়েনবু রাখন্না অমুক কোক্তা পুখং, পুক-নিংনা অমুক খোরদোদা কৌথ ভৌহুনা ফম্বী য়েন্না য়াংনা চংফমনি হায়বগী থুনুংলোন্না "য়াঙ" কৌই। অমনা, ফম্বী য়েন্না য়াংনা চংফম অথোইবনি হায়বগী "য়াংলেল" সু কৌই।

# ꯍ=হ (হুক্)

তাইপঙ পালপা মপুনা। তিংপালপা মপুকী ফমপী য়ৌলপতা হুললু। মপা ফমপীতি অতীংআ সিতপকী মপুকী মমিনা চুপ অহুম ওইনা সিতপা মপু ঈপুঙ লোয়নপা অপকপপু ঙাকনা লৈরে। চুপ অহুমমকতি লাকপন থাঙফমনে। মৈনে। ঈসিংনে। মুঙসিতনে লৈপাকনে মলিমকনা ফানথোংচুপ ওইনা তিল্লকা। নোংথৌনা সেকপিন থকথন ওইলতুনা। অতুকী মমুঙতা মমিনা পুসিনপীরে হাইলকী রাকোনপুঙ কৌরে। রাকোনপুঙ য়ৌলপকা থৌরাইতি লৈলমলে। অতুকী মলমনা হুকসাংতা হোহললকলে হাঙলে হারপকী মমিংপু হাঙসঙ কৌয়ে। ঈয়েক অসীপু ঈমুঙ-লোন্না হুক কৌরে, খুমুঙলোন খোনথোক ঈরাই ইনিন্না হুকসাঙ কৌরে। হুককী ঈয়েকতি অসীনে (ꯍ) লেপনা খঙপীও।০।

---

***ঈয়েককী কাঙলোন্*** ঃ— "হুক" হায়বা য়েক সক্তম অসী, হুকচাংদগী লৌহ্না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা থুংয়েক অসী, ঈমুঙলোন্গী ঙৈসিঙ ঈয়েক অমগী (ৎ) সক্তমনা হুকচাং লাংপুর অমগী পান্দম লাকতুনা য়েকপনি। চৈসিং ঈয়েক অমা হায়বা অসী, অমা কৌবা মপু মাগী সক্তমনি হায়না পুয়ানা

হায়রি। অদুনদি— হকচাং হায়বা অসীদি, মপুগী মমি ওইবনা চৈসিও ঈয়েক অমগী সক্রমদগী শৌদুনা য়েকপনি।

***ঈয়েক্কী রাওউলোন*** :— তাইবঙ হকচাং অসিবু ভেংবালবা মপুগী তুওফম ফম্বী কৌই। অদুগা, তাইবঙ মীগী হকচাং লাংপুম অসীবু, অতীংআ সিদবা লাইনিঙথৌ সালাইলেলগী মমি কৌই অদুগা, তাইবঙ পালবা মপু সিদবনা হকচাংগী মমুঙদা লৈবীবদি হুমনি সুবা নোৱাগী মতীক ওইনা লৈ। অদুনা, হকচাংবু "নপা ফম্বী" হায়না হায়রি। অদুগা, অতীংআ সিদবা লাইনিঙথৌ সালাইলেলগী মমি ওইবা তাইবঙ হকচাং অসীদা লৈরিবা লাইপকনে, থম্মোয়নে, খোয়দোনে অহুম অসীবু "চুপ অহুম" কৌই। অদুগা, তাইবঙ পালবা মপু থৌরায় সিদবনা ঈনা পুঙবা (সেম্বা) হকচাং অসীবু পুবিদুনা, লোয়নদুনা, পকতুনা লৈ হায়বগী "ঈপুঙ লায়নপা অপকপা মপু" কৌই। অদুগা হকচাংগী লাইপকনে, থম্মোয়নে, খোয়দোনে চুপ অহুম অসীনা, থৌরায় সিদববু ফাদুনা (ঙাকতুনা) থম্বা মরমনা মীওইবনা হিঙদুনা লৈরিবনি। মসীবু, "মপু-ঈপুঙ লোইনপা অপকপবু চুপ অহুমনা ঙাকনা লৈ, হায়রি। অদুগা, মীওইবগী মপোক অসীদি হন্না হন্না পোকপা হন্না হন্না সিবা মপোকনি। মরম অদুনা, ভেংবালবা মপু সিদবনা তাইবঙ পালবা মপু থৌরায় সিদবদা "হসনু" হায়না য়াথং পীরি।

লাইপকনে থম্মোয়নে খৌদোনে চুপ অহুম অসী, তাইবঙ পালবা মপু থৌৱায় সিদবনা হঙ্গং হন্দা চৎনা লৈফমনি। মরম অতুনা, চুপ অহুম অসীনা থৌৱায় সিদববু লাকসিন্দুনা পুন খাতুনা, পুন্গী থৌৱী থাংতুনা থম্মী হায়বগী "লাকপন্ থাংফমনি" হায়রি। অতুগা, মীওইবগী হকচাং লাংপুম অসী, মৈ ঈসিং মুঙসিং লৈপাক মরিনা লাংপুম্মনি। অস্তুম ওইবা, হকচাং লাংপুম অসীদি মপু মাগী ফম্বালনি। ফম্বাল অসীগী ফানথোঙদি মৈ, ঈসিং মুঙসিং, লৈপাক মরি অসীনি। মরম অদুনা, মৈ, ঈসিং, মুঙসিং, লৈপাক মরিবু "ফানথোঙ চুপ মরি" কৌই। অদুগা, মৈ, ঈসিং মুঙসিং, লৈপাক মরিনা লাংপুম্বা হকচাং লাংপুম অসী, নোংথৌ অহাঙবনা মরিল্ হোবা। মরম অদুনা তাইবঙ পালবা মপু সিদবনা হকচাং মুঙদা চৎদুনা হকচাংগী থৌৱায় ওইবিদুনা হকচাংবু থৌৱিবনি। মসীবু, নোংথৌনা "সেকপিন থকখন" ওইবা কৌই। অদুগা, মৈ, ঈসিং, মুঙসিং, লৈপাক মরিনা লাংপুম্বা, নোংথৌ অহাঙবনা মরিল হোবা, তাইবঙ হকচাং অসিদা, ভেংবালবা মপু সিদবনা ঈবুঙো মহাক্কী মমি — তাইবঙ পালবা মপু সিদবা থৌৱায়বু পুসিন্দুনা থম্বীবা মরমনা অপঙবা তাইবঙ হকচাং অসী সিংহনবিদুনা ৱাখন্ খন্বা ঙমহনবী-হায়বগী হকচাংবু "ৱাকোন্পুঙ" কৌই হায়রি। অদুগা, মৈ। ঈসিং, মুঙসিং, লৈপাক, নোংথৌ মংাবু থৌৱায় মঙা কৌই। থৌৱায় মঙানা লাংপুম্বা হকচাংগী

মপু— তাইবঙ পালবা মপুবু "মি" কৌই। থৌরায় মঙানালাং-পুম্বা তাইবঙ হকচাং অসী, পাক-চাউরবা মালেম ভেংবালবা অসীনা পিকনা মরোঙ লাকপনি। তেংবালবা ওইরকঙৈদা লৈহৌ নোংহৌ নায়খিবগুম্ব তাইবঙ হকচাং অসীসু লৈপাক্না কোনফু ওইরগা, নোংথৌনা মরিল অহোবা ওইহনা মৈ, ঈসিং, নুংসিং অহুমনা কোনফুদা ভুঙহনা লৈরিবনি। অসুম ওইবা, হকচাং মঙ্গুভ অসীদা, তেংবালবা মপুগী মমি — তাইবঙ পালবা মপু থৌরায় সিজবনা চঙহনা লৈ। মরম অদুনা, মপুগী মতেংবু মঙানা পাং মঙাগী মতেংবু মপুনা পাংহনা তাইবঙ হকচাং অসীনা নিংসা হোল্লকইবনি। অসুমনা নিঙসা হোল্লকইবা অসী, হকচাং অসীনা অহোবা অহাঙবা সঙ ওইবননি। মরম অদুনা- হকচাংবু মপু মাগী অহাঙবা লাইসঙনি হায়বগী "হাংসং" কৌই।

ঈরেক অসীবু তাইবঙ হকচাং অহাঙবা অসীদা মপু মাগী মহুম ওইবিহনা হকচিন্দুনা লৈবী হায়বগী ঈমুঙলোন্না "হুক" কৌই। অদুগা অহাঙবা হকচাং অসীবু, মপু মানা হকচিন্দুনা লৈবীবনা পুন্সি মুঙসাওহল্লি হায়বগী খুমুঙলোন্না "হুকসাঙ" কৌই। অমনা, তাইবঙ পালবা মপু মাগী মযুমনি হায়বগী হকচাংবু "লাইসঙ" (মন্দির) কৌই।

# ꯎ. = উ (উন্)

হে মী থৌরাই লৈপসা! তাইপং পানপা মপু সিতপনা অয়ু পা রাকোনকী ফোলাং মশোনগ। ঈমিং থোঙতা মপু সিতপনা থিলথোকসকলে। নোংথোঙ হাংলে হায়পকী নোংখিল কৌয়ে খঙপীও। চকপালোন্ সাইওন্‌কী লাংঙন অমতা থুংপুন চীঙতা তাইপংকী লাইনিংথৌ ওইয়ে। লাইনিঙথৌকী লৌউফমচুং মাঙ-চীংনে। চাতুম পাললে। ফিতি চীঙপীতা পাললে। মকম অতুপু সিন্নাইকম্ সং কৌপনে। উপী উলেলতি লাইওই চীঙতগী মসানা চংলে। উনভাল্ কৌয়ে। সায়ান্তা সা থোক্লে। সা অতুপু উন্ কৌয়ে। উন্‌কী ঈয়েক্‌তি অসীনে ꯎ. লেপনা খঙপীও ॥০॥

---

*ঈ:য়ক্কা কাঙাস্রান:–* "উন্" হায়বা ঈয়েক্ সক্তম অসী, উন্দগী লৌহুনা য়েক্‌পনি। ঈয়েক্ সক্তম অসীদা উরিবা থুংয়েক্ সক্তম অসী, হকচাংনা নিঙকাংননা ফম্বা ফিবমদগী লৌহুনা য়েক্‌পনি। নিঙকাংননা ফম্বা ফিবম্দা নিঙ কোচি অনিনা উনগী সক্তম্ মান্হনবনি। অহুগা, উন্ হায়বা ঈয়েক্ অসীদা পক্লিবা ঈলিক (বিন্দু) অসীনা, নউ হায়বা ঈয়েক্কুগী লৈতপ ঈয়েক

পোকপা য়াই হায়বা তাক্পনি, তাইবঙ পালবা পুম্নমকনা ঈলিক্কী ওইরকপগুম, উন্ ইয়েক্কী ঈলিক্কী উনপ ( ্ ), পোং ই। অদুনা উন্ ঈয়েক্তা ঈলিক অমা য়াউরিবনি।

***ঈয়েক্কী রাঙউলোন্ঃ*** মী ওইবা থোৱাই লৈরিবসিং (হিঙলিবা) দা হায়রি। মীওইবগী লাইপকপু রাকোন্ (কোক) গী অয়ুঙপা ফোলাং (ব্রেন্) মহোন্ কৌই। অদুগা, মুপী, মুপা, অনি খঙহনবা লাবা অমোমগী উকম (সেল্স্) বু ঈমিংথোঙ কৌই। অসুম ওইবা পলেমগী ঈমিং-থোঙবু সিদবা মপুনা হাংদো - পীদুনা পলেমগী পিবুকনুংদগী ঈহারা মালেম তাইবঙ পালদা ফাউরকপবু "মপু সিদবনা নোংথোঙ হাংবা" কৌই। অসুম তৌনা, মপু সিদবনা নোংদম্বীদুনা, পলেমগী ঈমিংথোঙ হাংবিদুনা ঈহাকপু মালেম তাইবঙ লমজাও অসিদা খিলথোক পীরকই। পলেমগী ঈমিংথোঙদা মপু সিদবনা খিলথোকপীরকপা ঈহারা, মপু মাগী নোংদম মতুংইন্না মালেম তাইবঙ পাল অসীদা তাইবঙ কুমহৈ য়াউদুনা খিলথনা (হিঙদুনা) লৈ হায়বগী "নোংখিল কৌই। মসিবু, মীওইবা ঈথোয়দা খুঙউ হায়রি।

অদুগা, লাইনিঙথৌ সালাইলেল সিদববু চক (যুগ) মরি। অহানবা হৈ চক (সত্য যুগ) তা মপু সিদবা ঈপুঙ লোইনপা অপকপা মপুনা সাইওন্ তৌবনি হায়বগী "চকপলোন সাইওন"

কৌই। অদুগা, ঈপুথৌ পাখংববু লাইনিঙথৌ সালাইলেল সিদবগী লাংওন অহানবনি হায়বগী লাংওন অমা কৌই। অসুম ওইবা, ঈপুথৌ পাখংবগী সনা হকচাংদা সালাই খুং তরেৎপু পুন্না লৈরম্মী হায়বগী ঈপুথৌ পাখংববু "খুৎপুন চীং" কৌই। অসুম ওইবা, সালাই খুৎ তরেংগী মপা ওইবা ঈপুথৌ পাখংবা পোকতৌদা ঈপুথৌ পাখংবদি তাইবঙ ওইবনিনা লাইনিংথৌ সালাইলেল সিদবনা তাইবঙ মীগী লাইনিংথৌ কারে। মসীবু মপু সিদবনা খুৎপুন্ চীংদা তাইবঙগী লাইনিংথৌ ওইয়ে হায়রি। অদুগা, মীওইবগী হকচাং অসী, মৈ, ঈসিং, নুঙসিৎ, লৈপাক নোংথৌ মনা লাংপুন্ননি। মরম অদুনা, মৈ, ঈসিং, নুঙসিৎ, লৈপাক, নোংথৌ কৌবা খুন্নুঙলোন্ অসীবু ঈন্নুংলোন্না "হৈ -হা-হুঙ-হিঙ-হে" কৌই। (য়াইপীলেল্ মপুগী মিংথৈ অসীদি তাইবঙগী লান্ন মিংথৈনি, তাঙনা খঙপীও।)

অদুগা, মীওইবগী মাইথোঙবু "মাঙচীঙ" কৌই। মাঙচীঙ হায়বা অসী মীওইবগী সকপুনি। অসুম ওইবা, মীওইবগী চেংলৌ সক্ অসী, লাইনিঙথৌ সালাইলেল্ সিদবগী সক্তম অদুনি। লাইনিঙথৌ ঈবুঙঙো মহাক্কী সক্তমবু লৌফম, উফমদি মীওইবগী চোংলৌ সক্তম অসীনি হায়বগী "লাইনিংথৌগী লৌউ ফমসুং মাঙচীংনি" হায়রিবনি। অদুগা, মীওইবগী হকচাং অসীদা চা (অঙাঙ) কয়াবু পন্দুনা লৈ হায়বগী "চাতুম পাল্লে" হায়রিবনি।

অতুগা, মীওইবা ঈখোয়না পোকলকপদা ঙ্কি সেংলক্লে, উন্না ফিসেৎ ওইনরকই হায়বগী "চৌঙপীদা (হুবচাংদা) ফি পাল্লে" হায়রি। অতুগা, উন্না কুপপা তাইবঙ হু' চাঙ অসী, মপু মাগী সিম্থা সঙনি। মরম অতুনা, সিন্লম কয়াবু মীওইবনা পাঙথোকপা ঙম্মী। মসীবু "সিন্নায়ফম সঙ" কৌই হায়রিবনি। অতুগা, মপা হায়বা অসী, মচা ওইবসিংগী লাইনি হায়বগী 'লাইওয়চৌঙ" (হুকচাং) কৌই। অতুগা মচা হায়বা অসীসু মপাগী মসামকনি হায়বগী মচাবু মসা কৌই। অতুগা, তাইবঙ মীবু পাম্মেন উগা পান্দমনরি। করম্বা পাম্মেন উনো হায়রবদি ?—পাম্মেন উগা ওন্ন ইত্নবা মন্না লাংনা মথক থংবা, মসা মরেঙনা মখা থংবা উনি।

অসুমনা, তাইবঙ মীবু পাম্মেন্ উগা চাংদমরবসু, পাম্মেন্ উদগীদি উ মপী অথোইবনি হায়বগী উপী উলেল্ হায়রি। হায়বদি উপী উলেল্গী মসক্ ওইবা মীওইবা ঈখোয়না লাইওই চৌঙগী মসক্ ওইবা ঈপাদগী লাকই। ঈহাক্ হায়বা অতুনি, ঈপা হায়বা অতুসু ঈহাক্কী মসানি। মরম অতুনা, "উপী উলেল্তি লাইওই চৌঙ্দগী মসানা চৎলে" হায়রিবনি। অতুগা, তাইবঙ মীওইবনা মসক্-মতৌ ফজথোইনা ঙাক্করিবা অসী, উন্না ফিসেৎ লৈতেং ওইরকপনা ঙাক্করিবনি হায়বগী উনবু "উন্ঙান্" কৌই।

অতুগা, তাইবঙ পাল্বগী হুকচাং অসীদা ঈহাক ঈহাক্কী

হয়েংমুক মপোক ওইগদৌরিবা অঙাঙ কয়াবু য়ান্দুনা লৈ হায়বগী "সায়াল" কৌই। অতুগা, তাইবঙ মীগী হকচাংদগী অঙাঙ কয়ামরুম চাদা নৌদারকই হায়বগী হকচাংবু "সাথোকপা" কৌই। হায়বদি— উন্না কুপপা তাইবঙ হকচাং অসীদা, অঙাঙ কয়ামরুম য়ান্দুনা লৈ। সা (হক্চাং) দা য়ান্দুনা লৈবা অঙাঙসীং অতু, হয়েংমুক মপোক্ ওইনবগীদমক চাদা নৌদাই। মসীবু "সায়ান্দা" সাথোকলে হায়রি। ঈয়েক অসীবু, তাইবঙ হকচাং অসীগী ফিসেৎ ওইনা মপু মানা উন্বীরকপা অউন ফিনি হায়বগী ঈমুঙলোন্না "উন্" কৌই। অতুগা, মীওইবগী হকচাং অসী মপু মানা সাবিরকপদা উন্না ফিসেৎ ওইনা সাবিরকই হায়বগী খুনুঙলোন্না "উন্সা" কৌই। অমনা, সা (হকচাং) গী কুনি হায়বগী "কুসা" সু কৌই।

# ꯏ.=ঈ ( ঈ )

লাই কৌপতি তাইপঙ পাল্‌পা মপুগী মাইওকন্ত্রা লৈ হায়পকী লাই কৌয়ে। লাইপুঙথৌ ৭ কী ঈলম ৭ তা! ঈথোঙতা লৌয়ে মপান্‌ সাপা কৌয়ে। হে মী লাই মানপসা! অশুপা রানে! সিংনা তাপীও॥ ঈলম ৭ মকনা মুঙসিতকী মতোন সনাচীংতা সিতপগী লেঙতপকী মমিংতি। অনৌপা ঈ অতুপু হুনথলকপপু য়োমসিন্‌লে হাইপকী নৌয়োম কৌয়ে॥ লৈপাক অশিঙপীতা থম্‌লে। ফমপী সালে নৌফম কৌয়ে। নৌয়োমনে। ফমপীনে অনিকমপু নিঙসানা লেংলে— মমিংতি খোইদিল্‌ নৌথিংকোন্‌ কৌয়ে। নিঙসা অতুনা মাইওকননা লৈসে। মিকুপ অহুম সেমলে॥ মিকুপ অহুম মাতা সুনা লৈলে। মিকুপ অমতা অমমপা লৈমুলোন্‌ অহুমকী লাইথোঙতা মমিনা মচিল ময়া পানতুনা মমিং ঈ-লাই কৌনা লৈয়ে। ঈলম ৭ মাপু মানা হোতখাই-চাইখাইলপকা ঈথোঙ হাংলে। ঈসিং চাইপা কৌয়ে॥ মিকুপ খুত্তিংতা সিন্‌ থোকুলকলে হাইপকী ঈসিং হন্‌পা কৌয়ে॥ ঈয়েক্‌ খোন্‌থোক অসীপু ঈমুলোন্‌না ঈ কৌয়ে॥ খুমুঙ,লান্‌ খোন্‌থোক্‌ ঈরাই ইনিন্‌না ঈসিং কৌয়ে। ঈকী ঈয়েক্‌তি অসীনে (ꯏ.) লেপনা খংপীও॥০॥

***ঈয়েককী কাঙলোন্*** :— "ঈ" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, ঈদগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুংয়েক অসী, মচি অনি পানবগী মরোঙনি। মচি অমনা ঈনি, মচি অমনা লাইনি। ঈ অমস্তুং লাই অনিবু মচি অনিনা পান্দম লাকতুনা য়েকপনি। ঈয়েক্ সক্তম অসীনা তাকইবদি ঈ লৈয়বদি লাই লৈয়ে, হায়বা উহনবা খুংয়েক্নি অদুগা ঈ ঈয়েক্তা পকলিবা ঈলিক (বিন্দু) অসীনা তাকইবদি – তাইবঙ পালবা পুন্নমক্তা ঈলিক্তগী ওইরকপগুম, ঈ ঈয়েকী ঈলিক্তা ইনপ ( ি ) ঈনপ ( ী ) অনি অসী পোকই। অদুনা ঈ ঈয়েক্তা ঈলিক রাউরিবনি।

***ঈয়েকী রাওউলোন্*** :— সিদবা মপুগী মমিনা তাইবঙ হকচাং মুঙদা লৈরবা তাইবঙ পালবা মপু কৌই। ঙসি মালেমগী ভেংখালবা অমীদা উরিবা মুমিং, খা খৌরাম্মিচাক, মালেম নোংথে অমদি থৌরাই পালবা পুন্নমক অসী, মীওইবগী মায়ওকতা লৈ। মসীবু, তাইবঙ পালবা মপুগী মায়ওকতা লৈবা কৌই। অদুগা মথক্কী পোৎসক মরাম অসী, তাইবঙ হকচাং মুঙদা তাইবঙ পালবা মপুনা চঙহুনা লৈরগম্বু মীওইবনা সেম্বা সাবা ওম্বা পোৎ অমত্তা নত্তে, থনবদা ফাউবা লাম্বা ফংদবা পোৎসক ওাক্তনি। অদুবু, সিদবা মপু মহাক্তি ইলায় লায়না তৌবা ওম্মী হায়বগী "লাই" কৌই। মসীবু তাইবঙ পালবা মপুগী মায়ওকতা লৈ হায়বগী "লাই" কৌই হায়রি।

অদুগা, মীৎ ২, নাতোন মখুন ২, নাকোং ২ অমস্তুং চীলবু লাইপুঙথৌ ৭ কৌই। অদুগা, নাকোং নাতোন অনিদা নপ থোকপা, মীত্তা মীৎসাও থোকপা, চীলদা তিল থোকপা অসীবু,

হকচাংদা ঈ চেন্‌বা মরম্না ঈদগী সোত্না মপান সারিবনি হায়বগী "লাইপুঙথৌ ৭কী ঈথোঙদা সোবা, মপান্ সাবা কৌই" হায়রিবনি। অদুগা মীবু লাইগী মমিনি হায়বগী "লাই মান্‌বা" হায়রি। অওইবমক লাইগী মসক্তি তাইবঙ মীনি। হায়রিবা রাকম অসী "অরুবা রানি অপঙবদি খঙবা ঙমলোই, অসিঙবা মীতনা খঙগদবনি সিংও হায়রি। অদুগা নাত্তোনবু মুঙসিংকী মত্তোন সনা চীঙ কৌই। অদুগা, হোজিল্লকপা নিঙসাগী ঈরায় ঈনিন্ "হৈ" হায়বা খোঞ্জেলবু সিদবা মপুগী মিংথৈ কৌই। হৈ হায়বা মীংথৈ অসীবু নাত্তোন্‌না তত্তনা সোল্লিমখৈদি সিবা লৈতে, তাইবঙ পালবা মপু সিদবনসু তাইবঙ মুঙদা লেংদনা লৈ। মসীবু "সিদবগী মমিংনি" হায়রি। অদুগা "হৈ" হায়না হোজিল্লকপা মুঙসিং অদুবু অনৌবা "ঈ" (ওক্সিজেন) কৌই। অসিগুম্বা, অনৌবা ঈ অদুবু নাত্তোন্না নিঙসা হোজিনবা খুদিংদা হকচাংগী ঈলম ৭তা চঙখি। ঈলম ৭ তা চঙখিবা অনৌবা ঈ অদুবু, হকচাংগী ঈনা য়োমসিনখি হায়বগী "নৌয়োম্" কৌই হায়রি।

অদুগা, হকচাংবু মৈ ঈকত্থনা সাবা নত্তে হায়বগী "লৈপাক অহিংপী" কৌই। অসীগুম্বা, লৈপাক অহিংপী (হকচাং) দা অনৌবা ঈ অদুবু ঈনা য়োমহনা নৌয়োম কৌনা তুংহনা লৈখি। নৌয়োম ঈ অদুনা ফম্বী য়েন পোকই। ফম্বী য়েন্‌না নৌরা অঙাঙ ওই। মরম অদুনা, ফম্বীবু নৌরা অঙাংগী ফমনি হায়বগী "নৌফম্" কৌই। অদুগা, ঈদগী পোকলকপা ফম্বীনে, নৌফমনে

অনিমকপু মপাগী হকচাং মুওদা সিংলিবা নিঙসা (মুঙসিং) না তুমা লেংসিন্দুনা সিঙসা হোলবা নৌরা অণ্ডাণ্ড ওইহনা তাইবঙপাল অসীদা, মপাগী মহুৎ (হয়েংমুক মপোক) ওইনা পোকলিবনি। মচা হায়বা অসী, মপাগী রাখল পাস্বী (চালা) নি। মপাগী পুক্লিং রাখল পুন্নমক মচাদা পুমহৈ ওই। মপাগী পুক্লিং রাখন পুন্নমক মচাগী হকচাং কোন্দা তুওহনা লৈ। অমদি মচাগী হকচাংদা চাদা নৌদাগদবা অণ্ডাণ্ড কয়ামরুম অমসু খিঙহনা লৈ। মরম অহনা, মপাগী খোয়জেল লিঙজেল, পুকনিং রাখন পুন্নমক মচাদা পুমহৈ ওই অমদি মচা ওইবগী হকচাং মুঙদা চাদা নৌদাগদবা নৌরা অণ্ডাণ্ড কয়ামরুম অমসু খিঙহনা লৈ হায়বগী মীওইবগী হকচাংবু "খোয়লিল নৌথিংকোন" কৌই হায়রি। হায়বদি হকচাংগী ঈ হায়বা অসীগী মতীক্লা সাঙথোকহৈবা মীলোন (জেনেরেসন) মথঙ মথঙ ওইহৌই। তুংগী মীলোন্ অহুদা ঈপা ঈপুগী খোয়জেল লিঙজেল পুঙনিঙ রাখন পুন্নমক পকতুনা লৈহৌই।

অতুগা, ঈনা সাবা তাইবঙ হকচাং অসীনা হিঙলিবদি পান্দা সিংপা নোংসিংকা, মুঙদা সিংপা নিঙসাগা অনী সন্নহনা হিঙইবনি। অসুমনা, নোংসিংকা, মুঙসিংকা অনিনা সন্নমবু "মায় ওক্লনা লৈবা" কৌই। অতুগা থৌরায়বু "মি" কৌই। মি (থৌরায়) বু কুপতুনা থমফম্ব "মিকুপ" কৌই। হায়বদি – ঈনা, সাবা তাইবঙ হকচাং অসীগী মনুঙদা মি (থৌরায়গী) লৈফম অহুম ঈনা সেম্মী। মতুদি— অমনা লাইপকনি অমনা থম্মোয়নি, অমনা খোয়দৌনি। মফম অহুম অসীবু, মিবু কুপতুনা থমফমনি

হায়বগী "মিকুপ অহুম" কৌই। অতুগা, ঈনা সাবা থম্মোয় লাইপক খোয়দৌ অহুম অসীদা মিনা হঙ্গৎ-হন্দা চংনা হৈ হায়বগী মিকুপ অহুমদা স্নুনা লৈ হায়রি।

অতুগা, লাইপক, থম্মোয়, খোয়দৌ অহুমবু মীৎনা উদে হায়বগী অমম্না লৈমুলোন অহুম কৌই। অহুম ওইবা, লৈমুলোন অহুম অসী, মিগী চঙকম থোঙ অমমম ফাংলি। থোঙ অহুম অসীবু, মি (লাই) চঙকম থোঙনি হায়বগী লাইথোঙ কৌই। অতুগা, মি হায়বা অসীনা সিদবা মপুগী মতীকনি, ঈ হায়বা অসীনা ময়াইনি। ঈবুঙঙো মহাক্কী মতীক-ময়াইনা পুনতুনা তাইবঙ অমা ওই মসীবু, "মমিনা মচীল (মতীক), ময়া (ময়াই) পাল্লে" হায়রি। অতুগা তাইবঙ মীওইবদি ঈ অমসুং লাই অনিনা, পুন্দুনা ওইবনি হায়বগী "মমিং ঈ-লাই" কৌই হায়রি। অতুগা, ঈদা লাই হোংবা মরমনা লাইনা মচীল, ঈনা ময়া ওইতুনা ঈরম ৭ মকপু হোথাই চৈথ্বায়তুনা থাগী ঈয়েন মপান সারকই হায়বগী "ঈসিং চাইবা" কৌই। অতুগা, লাইপক, থম্মোয়, খোইদৌ অহুম্মক্তা ঈগী ঈচেম্মা হঙ্গৎ হন্দা চেল্লি হায়বগী 'ঈসিং হনবা" কৌই হায়রি। ইয়েক অসীবু, মুন্না লাইরীক ঈবগুম, মপু মাগী ময়েক ওঈবা তাইবঙ হকচাং অসীবু ঈনা ঈবনি হায়বগী ঈন্নুঙ-লোন্‌না "ঈ" কৌই। অতুগা, ঈনা ঈবা তাইবঙ হকচাং অসী সিংই হায়বগী খুন্নুঙলোন্‌না "ঈসিং" কৌই। অমনা, ঈবু লাইনা পোকপা চানে হায়বগী "লাইচা (লাইজ) সু কৌই।

# ꯐ = ফ (ফম্)

ৱাকোন্চীঙ কৌপতি। তাইপঙ পালপা মপুগী কোনপু ৱাকোন্পুঙ চীঙ ফমপান্স কৌয়ে॥ মপু সিতপনা মৈনে। ঈসিংনে। নুঙসিংনে। ও মা অসী চাইনহনতুনা নোংলোনতকী হুনথলকতুনা থৌৱায় লৈলিপা খৈপীকনা লাপা অমোম মসক খঙতপপু খঙহনপা। য়াহিপ। ফমফম। চাকচা। য়াওন। মহৈ মসিন। কংলৈলোন। লোইনা-সিন্লোন। লোইন সিনলম। লোইন সিনথা অসী খৈপী-ককী থোকহললিপা ফমপীনে॥ ঈয়েক্ অসীপু ঈনুঙলোন্না ফম কৌয়ে॥ খুনুঙলোন খোন্থোক ঈৱাঈ ঈনিননা ফমপী কৌয়ে॥ ফমকী ঈয়েক্তি অসীনে ꯐ লেপনা খঙপীও ॥০॥

---

***ঈয়েক্কী কাঙলোন*** ঃ— "ফম" হায়বা ঈয়েক্ সক্তম অসী হকচাংগী ফম্‌দগী লৌতুনা য়েকপনি। ঈয়েক্ সক্তম অসীদা উৱিবা খুংয়েক অসী, লৈয়ি অহুমগী খুংয়েকনি। অমনা মৈনি, অমনা ঈসিংনি, অমনা নুঙসিংনি, অহুম্ লৈয়ি অহুমনা পান্দম্ লাক-তুনা য়েকপনি। হায়বদি— ফম্বী হায়বা অসী, মৈ, ঈসিং, নুঙসিং অহুমগী মতীকনি হায়বা অতু উহনবনি। অমনা, 'ফম' ঈয়েক্কী লৈয়ি অহুম অসী, অমনা হকচাংনি, অমনা থৌৱায়নি, অমনা মিনি।

***ঈয়েক্কী ৱাঙউলোন্*** ঃ— তাইবঙ হকচাংবু, ৱাখুন খনৱা ঙম্বা হকচাংনি হায়বগী "ৱাকোনচীঙ" কৌই। ৱাকোনচীঙ [illegible]

হুকচাংদা তাইবঙ পালবা মপুনা ফম্বাল লাংচুনা লৈবিবা মরমনা, রাখন থনবা ভম্বা তাইবঙ হুকচাং অমা ওইরিবনি হায়বগী তাইবঙ হুকচাংবু "রাকোনপুঙ চীঙ ফম্বাল" কৌই হায়রিবনি। অদুগা, মপু সিদবগী থৌসিল্লা মৈনে, ঈসিংনে, মুঙসিংনে অহুম চায়নহন্দুনা ঈদগী ফংগী সুংলগা পা ওইবগী নোংলোন (লেলফু) দগী হুম্বরকচুনা পলেম ওইবীগী নৌবীফমদা তুঙওচুনা মুপা (লাবা), মুপী (অমোম) খায়না পোকই। হায়বদি— ফম্বা য়েন্না মুপাসু ওই, মুপীসু ওই। অদুগা, মপা ওইবগী মনাং (কলচর) পুন্নমক চা ওইগদৌরিবা ফম্বী অদুদা পুমহৈ ওই।

মদুদি— য়াহিপ-ফম্ফম, চাকচা, য়াওন, কোলোই লোয়না চাননা, মুঙসি-মুঙওন, রাহৈ লমচৎ, অরু-অহেন, মহৈ-মসিন, (এডুকেসন), কংলৈলোন (ইতিহাস), লোয়ন-সিন্লোন্ (সাহিত্য) লোয়ন-সিনলম (রচনা) লোয়না-সিন্থা (অলোচনা) অসী খৈদিক মরুগী ফম্বী অদুদা য়াউরকলবনি। হায়বদি ফুরুপ (জাতি) অমগী মনাং (কলচর) পুন্নমক ফুরুপ অদুগী ভুংগী মীরোন্দা লৈহোই। ঈয়েক অসীবু, তাইবঙ পালবা মপুগী ফমনি হায়বগী ঈমুঙলোন্না "ফম" কৌই। অদুগা, ফমদা তাইবঙ পালবা মপুনা ফম্বাল লাং- থিচুনা লৈবা মরম্না তাইবঙ পালবা মপু মাবু মানবা নৌরা অঙাঙবু পীনবি হায়বগী থুনুঙলোন্না "ফমপী" কৌই। অমনা ফম্বীবু ঈগী য়েন্দগী সাংপা লৈনি হায়বগী "ঈয়েনলৈ"সু কৌই।

# ꯑ.= অ (অতীংআ)

ঈপুঙলোই অপকপনা মুঙপুঙ ৱাখল তৌহনা। চকপালোন্ পুননমককী গিতপকী কয়াক লাংপুমকী ঈয়েক ঈমুংলোন্ খুনঙলোন্ খৈবীকপু ঈপুঙলোই অপকপনা সাইওনতুনা লেপখিবা ঈয়েক ঈপীকী ঈয়েক অসীপু খাকপা লৈতনা ঈপু অথৌপা ।কোন্‌চীন ভুকথপা পাখংপপু যেংতুনা লীপীয়ে।

ঈপুংলোই অপকপকী সাইওনকী ঈমুঙলোনকী মিংথৈ হা-হুং হৈ-হে হিং কৌপা অসীনা ৱালোন্‌নী মিংথৈ ওইলতুনা মৈনে। ঈসিংনে। মুংসিংনে। লৈপাকনে। মোংথোনোনে। মুমীতনে। থানে। থৌৱাইমিচাক নিঙথৌ সিতনে। চৈওন ৭ নে। সাচিকনে। থাপানে। খোঙচোম মুপীনে। সাংচুংতিলহৈপনে। মোংকা সালংকানে। ওকপুলোই তাউহইলেংনে। লৌচননে চুমথাঙনে। নোংথাঙ কুপমা খোংপনে। মুপনা ফাইনা তিনতুনা তলও ঈপুঙ লোইনপা অপোকপনা ঈয়েক্ ১৮ অমতি সিঙথালোন্ চৈসিঙ ঈয়েক অমতা সাইওনতুনা অতীংআ সিতপা অহাঙপা হাইনা কৌখলে। ঈয়েক অসীপু ঈমুলোন্‌না অমা কৌয়ে। খুমুংলোন্‌খোন্‌থোক ঈৱাই ঈনিন্‌না অতীংআ হাইনা কৌখলে॥ অতীংআকী ঈয়েকতী অসীনে

(ꯑ.) লেপনা খঙপীও ॥০॥

**ঈয়েক্তা কাওলোন্ ঃ** "অতীংআ" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, সিদবা মপুগী মসক ওইবা ঈমুংলোনগী ঈয়েক অমদগী লৌতুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুংয়েক অসী, লৈয়ি অহুমগী খুংয়েকনি। লৈয়ি অমনা থৌরায়নি, লৈয়ি অমনা য়াইবীনি, লৈয়ি অমনা মিনি। থৌরায়, য়াঈবী, মি অহুম্ লৈয়ি অহুমনা পান্দম লাকতুনা য়েকপা অতীংআ ঈয়েকনি। অমনা, অতীংআ ঈয়েক্কী সক্তমদা অয়ুওবা লৈয়ি অনীবু লৈয়ি অমনা কোনসিন্না লৈবগুম উরিবা অসীনা ভাকলিবদি - অয়ুওবা লৈয়ি অনিনা মুপা-মুপী, লাবা অমোম, পী—পা হায়রিবা অনিগী তাইবং পালবনি। অদুগা, লৈয়ি অনিবু কোনসিল্লিবা লৈয়ি অমসিনা অমা কৌবা মপুগী মসকনি। মালেম তাইবঙ পালববু ঈবুংঙো মহাক্না কোনশিন্দুনা মহাক্কী মনুঙ তাইবঙ ওইনা লৈবা অদুবু অতীংআ ঈয়েক্তা উহল্লি। অদুগা, অতীংআ হায়বা ঈয়েক অসী, ঈমুং (শ্বর) ঈয়েক্নি। অতীংআ ঈয়েক্তা পকলিবা ঈলিক (বিন্দু) অসীনা ভাকলিবদি তাইবঙ পালবা পুন্নমক্না ঈলিক্কী ওইরকপগুম অতীংআ ঈয়েক্কী ঈলিরা ওংনপা (ো), আনপ (া), য়েৎনপ (ে), চৈনপ (ৈ), সৌনপ (ৌ), নুং (ং) হায়বা চৈতপ ৬ অসী পোকই। অদুনা অতীংআ ঈয়েক্তা ঈলিক্ (বিন্দু) পক্লিবনি।

**ঈয়েককী রাওউলোন্ ঃ—** তাইবঙ হুকচাং লাংপুম অসী মপু সিদবা লাই মহাক্কী ময়েক কৌই। মপু মাগী ময়েক্ক ওইবা তাইবঙ হুকচাং অসীগী লাইমিং ১৮ না ঈয়েক ঈপী ১৮

লেপ্পী। ঈপুওগোই অপকপনা চকপলোন্ (খুন ময়ি) পুন্নমকী কয়াৎ লাংপুমশী ঈয়েক ঈনুঙলোন, খুনুঙলোন, খৈবিকপু য়াই-ওন্দুনা লেপখিবা, ঈয়েক ঈপী ১৮ গী থোনকক্কম ওইবা, মপু মাপ্পীনা ময়েক ওইবা তাইবঙ হকচাঙ অসীগী য়ায়ীবু লাইনিঙথৌ য়াল্যাইরেল্ অতীংআ সিদবদা মপারি ঈপু অথৌবা পাখঙবদা তাকপীখি।

মতুংদি— ঈনুঙলোনগী য়াইপীলেল্ মিংথৈ হা-হুং-হৈ-হে-হিং মঙা অসিবু, খুনুঙলোননা মৈ, ঈসিং, নুংসিৎ, লৈপাক, নোংথৌ কৌই। মিংথৈ মঙা অসীনা তাইবঙ হকচাংবু লাংপুমলকই। মিংথৈ মঙা অসীবু, তাইবঙ হকচাং অসী লাংপুমলকই হায়বগী "য়াইপীলেল্ মিংথৈ" কৌই। অতুগা, মিংথৈ মঙা অসীবু ঈপুঙ-লোই অপকপনা ওন্না-ওন্না সাইওন্লকপনি হায়বগী "অপকপা মপুগী সাইওন্" কৌই। অসুম তৌনা, ঈপুঙলোই অপকপা মপুনা ওন্না ওন্না সাইওন্দুনা মৈনে, ঈসিংনে, নুঙসিংনে, লৈপাকনে নোংথৌনে, নুমীৎনে, থানে, থৌরানমিচাক নিঙথৌ সিদবনে, সাচিকনে, থাপানে চৈওন ৭ নে খোঙচোম নুপীনে, সাচুং তিলহৈপনে, মোংকা সালংকানে, ওকপুলোই, তাওহুইলেংনে, লৈচিলনে, চুমথাঙনে, নোংথাঙ কুপনা খোংপনে সুপনা ফাইনা তিন্দনা পোৎলম ১৮ অসীনা তেংবালবা কৌবা কয়াৎ লাংপুম অসী ওইরিবনি। অসুম ওইবা, পাক চাওরবা তেংবালবগী কয়াৎ লাংপুম অসীনা পিকনা মরোঙ লাকতুনা (ফোম) তাইবঙ হকচাং অসী ওইরিবনি

তেংপালবগী কয়াং লাংপুরগী পোংলম ১৮ বু ঈবুঙগো মহাক্না ওয়া-ওয়া সাইওন্দুনা সকনাইদবা (নীরাকার ব্রহ্ম) তেংপালবা অসী ওইরকপগুম, হকচাং কয়াং লাংপুংগী মিংখৈ ১৮ বু ঈবুঙগো মহাক্না ওয়া-ওয়া সাইওন্দুনা সকনারবা (খকার ব্রহ্ম) তাইবঙ হকচাং অসী ওইরকই। অসীগুমতুনা, তলঙ ঈপুঙ লোয়নবা অপক্পনা সিঙথালোন্ (অঙ্ক) চৈসিঙ ঈয়েক্ অমদা সাইওন্ তৌতুনা চৈসিঙ ঈয়েক্ ১গী ঈশিক্ (বিন্দু) তগী ঈয়েক্ ঈসী ১৮ অসী পোক্লকপনি। অস্মুম হায়না, লাইনিঙথৌ সানাইলেল্ অতীংতা সিদবা মপুনা মপারি ঈপু অথৌবা পাখঙবদা তাকপীখি। ঈয়েক্ অসীবু, অমম-অঙাল অনী সুপলবা মিংখৈনি হায়বগী ঈমুঙলোন্না অমা কৌই। অতুগা, ঈবুঙগো মহাক্না "তীং" ওইতুনা অহৌবস্মু, অলোঙস্মু ওই হায়বগী খুমুঙলোন্না "অতীংআ" কৌই। অমদা, তলঙ মালঙ অহাংবা অসীবু ঈবুঙগো মহাক্নী হায়বগী "অহাংবা" স্মু কৌই।

# ৬ — শে (ওতনপা)

তিংপাংপা মপু ঈপুঙ লোইনপা সিতপা মপুনা তাইবঙ পালপগী রাকোন্ কোকৃতা ঈপুঙকী ঈ অতুনা ওতনা ওতনা নপনা লৈয়ে হাইপকী ওতনপ কৌরে॥ ওতনপকী ঈয়েকৃতি অসীনে (৬) লেপনা খ্ঃপীও ॥০॥

---

"ওতনপ" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, অতোংআ ঈয়েকী ঈলিক (বিন্দু) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উন্নিবা খুংয়েক অসী ঈগী ঈচেন্না কোক্তা ওৎনা ওৎনা চেলবা ঈচেন্দগী লোৎনা কোয়না য়েকপনি। অতুগা অকোয়বা ঈয়েকী মথক্তা ফৈনা য়ুংবা লৈন্নি নক্লিবা অসীনা, কোক্তা ওৎনা ওৎনা চেলবা ঈগী ঈচেন্না তাউথখিবা ঙমদবা, তাইবঙ পালবা মপু সিদবা = থৌরায় সিদবগী মসকনি। হায়বদি ঈগী ঈচেন্না কোক্ত ওৎনা ওৎনা চেলবা মতমদা ঈগী ঈচেন্না তাওথখিবা ঙমদবা রাখন্না নপতুনা লৈবা অতুগী মসক্নি।

*ঈয়েক্কী রাওউবালোন্ঃ—* ঈগী ঈচেন্না কোক্কী থোক (ব্রন) তা ওৎনা ওৎনা চেলবা মতমদা, তাইবঙ পালবা মপু থৌরায় সিদবগা রাখন ওইনা নপতুনা লৈ, ঈগী ঈচেন্না তাউথখিবা ঙমদে

হায়বদি ঈগী ঈচেম্মা কোকী থোক্তা ওৎনা ওৎনা চেলবা ঈচেম্মা মীওইবগী রাথনবু তাওখিবা ওমদে। থোক্ত মীওইবগী রাথম্মা-নপতুনা লেওদনা লৈ। অতুগা, ওৎ প হায়বা চৈনপ ঈয়েক অসী, কোক হায়বা খুমুঙ ঈয়েক (ব্যঞ্জন) কী থোন্থোক ঈরায় ঈনিন্দা নপ্পা লোল্চন (বানান) চৈতপ ঈয়েকনি।

# ৭ = ি ( ইনপ)

ওতনপকী ঈ অতুনা সিংলি অতুতা নপতুনা লৈরে হায়পকী ইনপ কৌয়ে॥ ইনপকী ঈয়েকতি অসীনে ( ৭ ) লেপনা খঙপীও ॥•॥

---

***ঈয়েকী কাঙালোন ঃ-*** "ইনপ" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী ঈ ঈয়েকী ঈলিক (বিন্দু) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উম্নিবা খুৎয়েক সক্তম অসী, ঈনা সিংলিদা নপতুম্মা লৈবগী মরোং দগী লৌহুনা য়েকপনি। সক্তম অসীমক ঈ ঈয়েকী সক্তম্মকনি।

***ঈয়েকী রাঙ্উালোন ঃ—*** ঈনা হকচাংদা চেলব মতমদা সিংলিদা নপনা-নপনা চেল্লি। অতুগা ইনপ হায়বা চৈতপ ঈয়েক অসী, সম ঈয়েকপু ঈমুঙলোন্না সিংলি কৌবা, মীৎ ঈয়েকপু ঈমুঙলোন্না মি কৌবা অমদি তি হায়বা ঈয়েকসিংগী থোন্থোক ঈরাই-ঈনিন্দা নপ্পা লোলচন্ (বানান) চৈতপ ঈয়েকনি।

# \ =। (আনপ)

ইনপ অতুপা অতীংআপা লাই ওইনা নপনা লৈরে হাইপকী আনপ কৌয়ে। আনপকী ঈয়েকতি অসীনে ( ` ) লেপনা খুৎপীও ।০।

---

***ঈয়েক্কী কাঙালোন ঃ—*** "আনপ" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, অতীংআ ঈয়েক্কী ঈলিক (বিন্দু) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুংয়েক অসী, ওতনপ ঈয়েক্কী অকোয়বা সক্তমগী মথকতা ফৈরপ তৌনা নম্লিবা ঈয়েক অত্থনি।

***ঈয়েককী য়াঙউালোন ঃ—*** মীওইবগী হকচাং লাংপুম অসী, ঈনা সাবনি। তাইবঙ হকচাংবু ঈনা সাই হায়বগী ইসা কৌম্লিবনি। অস্তুম ওইবা, ঈনা সাবা তাইবঙ হকচাং অসীনা মপু মহাক্কী থোদা থৌরম কয়াবু ইরাই লাইনা পাঙথোকপা ওম্মী হায়বগী ঈবু "লাই" কৌই। ঈনা সাবা তাইবঙ হকচাং অসীনা, তাইবঙ পালবা মপু অতীংআ সিদববু য়োমহনা লৈ। অত্থগুম্বা তাইবং হকচাং অত্থদা ঈনা তুণ্ডহনা লৈ। মসীবু, অতীংআদা ঈনা লাই ওইনা নপনা লৈ" হায়খি। অত্থগা, আনপ হায়বা চৈঙা ঈয়েক অসী, অতীংআ, লাই, পা, না অসীমসিবা ঈয়েকমিংগী খোন্‌থোক ঈরাই ঈনিনদা নম্না লোলচন (বানান) চৈতপ ঈয়েকনি।

# ꯏ — ী (ঈনপ)

ঈ অতুনা অতীংঅা সিতপগী মমীত মমুঙতা ঈনা মাইওন তৌতুনা চৈতঙ ওইনা মীকী মসক ওইতুনা নপনা লৈয়ে হাইপকী ঈনপ কৌয়ে। ঈনপকী ঈয়েকৃতি অসীনে ( ꯏ ) লেপনা খঙপীও ।০।

***ঈয়েক্কী কাঙলোন্*** :- "ঈনপ" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, ঈ ঈয়েককী ঈলিক (বিন্দু) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা থুংয়েক অসী, লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংঅা সিদবগী সনা ঈনা সাইওন তৌহুনা লাইগী মহুৎপু তাইবং মী ওইনা লোম্লমদায়দা, লাইনিঙথৌগী মীং নহা অনি লোঙহুনা মীগী মসক ওইহুনা নপতুনা লৈবা ঈগী সাইওন সক্তমদগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীমক, ইনপকী ওয় তৈনবা ঈনপ ঈয়েকনি ।

***ঈয়েককী রাঙউলোন্*** :— লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংঅা সিদবপী সনা ঈনা সাইওন তৌহুনা, লাইগী মহুৎপু তাইবঙ মী ওইনা লোমলমদাইদা লাইনিঙথৌগী মীং নহা অনি লোঙখি। অসুম তৌনা, চীঙউ লাইগী মহয়না নমু তাইবঙ পান্বী ওইনা

হৌখি। হায়রদি - লাইনিঙথৌগী সাইওননা তাইবঙ মীগী পুকোক ওইবা ঈপুথৌ পাখংবা পোকখি। মসিগী তাইবঙ পালবস্থু, মপা ওইবগী মীৎ নহা অনি লোঙসবা মতুংদা তাইবঙ চাদা নৌদা-রিবমি। মসীবু "মপাদা মীরোন্বা" কৌই। অদুগা, ঈনপ হায়বা চৈতপ ঈয়েক অসী, মীৎ অময়ুং চীল ঈয়েককী খোনথোক ঈরাই ঈনিন্দা নপ্পা লোলচন (বানান) চৈতপ ঈয়েকনি।

# ꯧ = ৌ (সৌনপ)

ঈ অতুনা থৌপাকতা সোক্না সৌননা মপন্না লৈয়ে হাইপকী সৌনপ কৌয়ে। সৌনপকী ঈয়েক্তি অসীনে ( ꯧ ) লেপনা থঙপীও।০।

***ঈয়েককী কাঙলোন*** ঃ— "সৌনপ" হায়বা ঈয়েক সঙ্কম অনী, অতীংঅা ঈয়েকী ঈলিক (বিন্দু) না ঙেকপনি। ঈয়েক সঙ্কম অসীদা উরিবা খুৎয়েক অসী, থৌ ঈয়েকী ওই থংবা ঈয়েক তংখায় অময়গা, রায় ঈয়েকী ওই থংবদা ফৈনা কারন্ ঈনথংলকপা ঈয়েক মতেক অদুগা অনিনা পুন্সুনা ঙেকপনি। ঈয়েক অসীনা, ওই থংবা থৌপাক্তা থম্মোয় (রায়) না সোক্না সৌননা লৈবা অদু উহনবা সৌনপ ঈয়েকনি।

***ঈয়েককী রাঙউলোন্ ঃ—*** ঈনা সাবা তাইবঙ হকচাং অসীগী মনুঙদা ঈনা থৌরায় লৈকম থম্মোয়স্থু সেম্মী। থম্মোয়দি ওই থংবা থৌপাক্তা লৈ। ঈনা সেম্বা থম্মোয়দা ঈনা লৈরিককুম তুঙহুনা লৈ। অমদি থৌরায়না ময়ুম ওইহুনা লৈ। অস্থুম ওইবা লাইগী ময়ুম ওইবা থম্মোয়না থৌপাক্তা সোকনা সৌননা লৈ। অহুগা, সৌনপ হায়বা ঈয়েক অসী, থৌ-চৌ-খৌ হায়বা ঈয়েকী খোনথোক ঈরাই ঈনিনদা নপ্পা লোলচন (বানান) চৈত্তপ ঈয়েকনি।

## ০ =৫ (য়েতনপ)

ঈ অতুনা য়াঙতা - য়েতননা নপনা লৈয়ে হাইপকী য়েতনপ কৌয়ে। য়েতনপকী ঈয়েকৃতি অসীনে ( ০ ) লেপনা থঙপীও ।০।

---

***ঈয়েককী কাঙলোন্ ঃ*** "য়েতনপ" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, অতাংআ ঈয়েককী ঈংিক (বিন্দু) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা থুংয়েক অসী, য়াঙদা ঈনা য়েৎপা হায়বা রাহৈ অহুদগী লৌহুনা কোয়না য়েকপনি।

***ঈয়েককী রাঙউলোন্ ঃ—*** হকচাংগী য়াঙ হায়বা অসী, ফম্বী য়েন্গী হঙ্গৎ হুন্দা চৎফমনি। অস্থুম ওইবা, হকচাংগী য়াঙদা

ফগী য়েন্‌গা ঈগা য়েৎনা য়েংননা নপনা লৈ। হায়বদি—হুকচাংগী য়াও মমুঙদা চংলিবা সিংলি লাইলেল ( স্পাইনিং কোট ) কৌবদা ফগী য়েন্‌না রাথন অমস্তুং পুকনিংগী য়াথং মতুং ইন্না হঙৎ হন্দা চংলে। অতুগা, ঈস্থ সিংলি লাইলেন্দা হঙৎ হন্দা চেল্লি। অস্তুম ত্তৌনা, ফগী য়েনগা ঈগা য়েংন য়েংননা য়াওদা চেল্লি। মসীবু "ঈনা য়াওদা য়েংন য়েংননা নপনা লৈ" হায়রি। অতুগা য়েৎনপ হায়বা চৈতপ ঈয়েক অসী, য়াও ঈয়েকপু ঈমুওলোন্‌না য়েক হায়বা খোন্‌থোক্ ঈরাই ঈনিন্দা নপ্পা লোলচন্ (বানান) চৈতপ ঈয়েকনি।

## ‿ = ু (উনপ)

ঈ অতুভা উন্‌ভা নপয়ে হাইপকী উনপ কৌয়ে। উনপকী ঈয়েকতি অসীনে ( ‿ ) লেপনা থুংপীও ॥০॥

***ঈয়েক্কী কাওলোন ঃ*** - "উনপ" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, উন ঈয়েক্কী ঈলিক (বিন্দু) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুংয়েক অসী, সিংলি পাফন ( নার্ভ ) না থেকনা

খোয়না উনদা নপ্পগী মরোঙদগী লৌহ্না য়েকপনি। ঈয়েক অসীমক উন ঈয়েককী মথুল অহ্নগী সক্তমনি।

*ঈয়েককী রাঙ্উলোন ঃ—* সিংলি পাকনসিংনা (নার্ভনা) হুকচাংগী উন্সাদা নপ্পি। সিংলি পাকন্সিংনা উন্সাদা নপ্পা মরমনা, কুচু কুমেন ফজহল্লি অমদি হুকচাংগী মফম পুন্নমকপুম্ন সিংহন্দুনা সোকপা পন্বা খঙহল্লি। অহ্নগা অচৌবা সিংলি ( ভেন ) সিংনা হুকচাংগী মফম পুন্নমকপু সিংহনবা ঙমদে। সিংলি পাফনতগী মতেংনা হুকচাংগী মফম পুন্নমকপু সিংহনবনি। অহ্নগা উন্নপ হায়বা চৈতপ ঈয়েক অসী, হুক হায়বা ঈয়েকী খোঙ্হোক ঈরাই ইনিন্দা মপপা লোল্চন্ (বানান্) চৈতপ ঈয়েকনি।

# ৎ = ৈ (চৈনপ)

ঈ অতুনা চৈথন ওইনা পকপা পকননা নপনা লৈয়ে হাইপকী চৈনপ কৌয়ে॥ চৈনপকী ঈয়েক্তি অসীনে ( ৎ ) লেপনা খংপীও ॥০॥

---

*ঈয়েক্কী কাঙলোন ঃ—* "চৈনপ" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, অতীংআ ঈয়েকী ঈলিক ( বিন্দু ) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুংয়েক সক্তম অসী, অতীংআ ঈয়েককা, চৈ অমগা অনিনা য়েকপা ঈয়েকনি।

**ঈয়েকী য়াওউলোন ঃ—** তাইবঙ চাদা লৌদাবা ঃখতময়ু মপা ওইবগী হকচাং লাংপুমগী থৌরায় ওইরিবা তাইবঙ পালবা মপু সিদবনা লৌরা অঙাঙ অমা ওইগদৌরিবা মপাগী ফখী ঈলিক অহুম্না কথাল লাংহুনা লৌরা অঙাঙগী থৌরায় ওইনা পকখি। অহুগা, ঈবুঙঙো মহাকনা মপা ওইবগী হকচাংগী থৌরায় ওইনা পকতুনা লৈহৌই। অমুম তৌনা, লাইনিংথৌ সানাইলেল অতৈংঅা সিদবা = তাইবঙ পালবা মপুনা চৈথন অমত্তনা খন্দুনা মপাগীসু মচাগীসু থৌরাই ওইনা পকই। অহুগা চৈনপ হায়বা ঈয়েক অসী, য়াও ঈয়েকপু ঈমুঙলোন্না "চেলৈ" হায়বা খোন্‌থোক ঈরাই ইনিনদা নপ্পা লোন্‌চন্ (বানান) চৈতপ ঈয়েকনি।

# 9 = ং ( নুং )

হুং-হিং-নিংতা ঙাপলিপা চৈতপ চৈনপ ঈয়েক অসীপু হুং কৌয়ে॥ হুংকী ঈয়েকতি অসীনে ( 9 ) লেপনা খঙপীও ॥০॥

---

**ঈয়েককী কাঙলোন ঃ—** "হুং" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, অতৈংঅা ঈয়েকী ঈলিক ( বিন্দু ) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা থুংয়েক অসী, অতৈংঅা ঈয়েকনা হোৎনৎলকপগী

সক্তমনি। ঈয়েক ঈপী ১৮বু অতীংঙৌ (অমা) ঈয়েকনা ওআ ওআ সাইওনবনি। অসুম ওইবা, অতীংআ ঈয়েকনা সাইওনবা ঈয়েক ঈপী ১৮বু অতীংআ ঈয়েকী মগুংনি হায়বা উহনবা "মুংগী" ঈয়েকনি।

**ঈয়েককী য়াঙ-উাঁলোব ঃ-** মালেম তেংবালবা অমসুং তাইবঙ পালবা অসী, ঈপুঙ লোয়নবা অপকপা মপুনা ওআ-ওআ সাইওন-লাংওন তৌবনি। অসুম ওইবা, মালেম তেংবালবা অমসুং তাইবঙ পালবা অসীবু ইবুঙ্গো মহাকী মগুংস্থ ওই। অদুবা, তেংবালবা লৈকোয়লোন (সৌরজগৎ) অসী থৌরায়মিচাক পী মশিক নিঙথৌ সিদবা চৈওন ৭কী মগুংনি। হায়বদি নুমীৎ, থা সাচিক, থাপা, ওকপুলোই তাউগুইলেং মোংকা-সালংকা, সাচুং তিলহৈপা অমসুং মালেম হায়রিবা কয়াৎ (গ্রহ) সিং অসি, চৈওপ ৭কী মগুংনি। অদুগা, তাইবঙ পালবা পুম্নমক অসী, লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংআ সিদবগী লাংওননি। অসুম ওইবা, তাইবঙ পালবা পুম্নমক অসী, লাইনিংথৌ সালাইলেল অতীংআ সিদবগী মগুংনি। অসীগুম-ছুনা' ঈয়েক ঈপী ১৮ অসী, অতীংআ (অমা) ঈয়েক্না সাইওনবনি। অসুম ওইবা, ঈয়েক ঈপী ১৮বু অতীংআ ঈয়েকী মগুং ওই। অদুগা, মুং হায়বা চৈতপ ঈয়েক অসী, অতীংআ ঈয়েকী তীং হায়বা তিল্ ঈয়েকপু ঈমুঙলোন্না তিললাং হায়বা খোন্থোক ঈরাই ইনিন্দা নপ্পা লোল্চন্ (বানান্) চৈতপ ঈয়েকনি।

# ! = , (থকপা)

***ঈয়ক্তা কাঙলোন ঃ-*** "থকপা" হায়বা খুদম ঈয়েক অসী, নমু তাইবঙ পাসবা অসীনা ওইরকদবগী মরমদা, লাইনিঙথৌ সলাইলেল অতোংআ সিদবনা মিৎয়েং সাঙথৈরকপদা থনবা অহানবা য়াখন্দগী লৌতুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুংয়েক অসী, অয়ুঙবা লৈয়ি অমা, লৈয়িগী থক-থাদা ঈলিক (বিন্দু) অনিনি। মথক থংবা ঈলিকনা মপা ওইবগী হকচাংদা লৈহৌগদরা ঈপুঙগী ঈলিকনি। মথা থংবা ঈলিকনা চা (অঙাঙ) অমা ওইগদৌরিবা ঈনি। অতুগা অয়ুঙবা লৈয়ি অসীনা— মপা মচা হায়বা অনিগী মরক্তা চৈথন অমা লৈবা অতুনি। হায়বদি— মপা ওইবগী ঈপুঙগী ঈদগী চা অমা ওইনা সাইওন তৌগবদগী ই থকখিবা অতুবু উহনবনি।

***ঈরেককী য়াঙউলোন ঃ—*** লাইনিঙথৌ স্নলাইলেল অতোংআ সিদবগী সনা হকচাং মুঙদা, লাইনিঙথৌ সনামহী লাই সিদবনা নমু তাইবঙ নৌরা অমা মিতম্‌লগে হায়না সাইওন তৌরমা অতোংআ সিদবগী মীৎ নহাদা নমু মীগী মসক ওইনা থোকতুনা লৈববু অতোংআ সিদবনা উরুই। অতুগুম্বা, মি অতুবু উরগা

লাইনিংথৌ সালাইলেল অতীংঅা সিদবনা পায়মা রাখন্ থৌরকই "লাইগী ঈদগী খকতুনা নমু তাইবঙ অমা ওইগদৌরিবনি।" ওসিগী তাইবঙ পালবম্নু মপাগী ঈদগী খকতুনা চান্না নৌদারিবনি।

# ।=; (চৈথন্)

**ঈয়েক্তী কাঙ্গলোন্ঃ—** "চৈথন্" হায়বা খুদম ঈয়েক অসী, লাইগী মহুৎনা নমু তাইবঙ অমা ওইরকদবগী মরমদা লাই-নিংথৌ সালাইলেল অতীংঅা সিদবনা মিৎয়েং সাঙথৈরকপদা খনবা অনিম্নুবা রাখনগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুৎয়েক অসী, খকপা ঈয়েকী অয়ুঙবা চৈ (লৈরি) অহুনি। লাই অমদি মী অনিগী মরক্তা চৈথন অমা লৈরিবা অহুনি।

**ঈয়েক্তী রাজউালোন্ঃ—** লাইনিংথৌ সালাইলেল অতীংঅা সিদবগী সনা হকচাং মুঙ্গদা, লাইনিংথৌ সনামহী লাই সিদবনা তাইবঙ লৌরা অমা মিতমলগে হায়না সাইওন তৌহুনা, অতীংঅা সিদবগী মীৎ নহাদা নমু মীগী মসক ওইনা থোকতুনা লৈবম্নু অতীংঅা সিদববা উহুই। অহুওনা, মি অহুবু উবগা লাইনিংথৌ সালাইলেল অতীংঅা সিদবনা পায়মা রাখন থৌরকই। "লাইগী

ঈদগী থকতুনা নমু তাইবঙ অমা ওইরবদা, লাই অমদি মী হায়না চৈথন অমা থল্লমগনি।" ওসিগী তাইবঙসু মপা হায়বা, মচা হায়বা থাক অনি থমলিবা অসী চৈথন্নি।

# ॥০॥ খৈপা
## ( পল্লুপ লোইবা )
## খুৎতম খওনবা

***ঈয়েক্কী কাওলোন ঃ—*** "খৈপা" হায়বা খুদম ঈয়েক অসী, লাইগী মহুয়না নমু তাইবঙ মী অমা ওইরকদবগী মরমদা, লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংআ সিদবনা মিৎয়েং সাওখৈরকপদা খনবা অহুম সুবা রাখন্দগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুংয়েক অসী, য়েৎ থংবা লৈয়ি অনিনা লাইনিঙথৌ সালাই-লেল অতীংআ সিদবা লাইগা — ঈপুঙ লোইনবা অপকপা মপুগা অনিনা পুল্লগা সালাইলেল সিদবা ওইবা অহুনি। অহুগা, ওই থংবা লৈয়ি অনিনা সালাইলেল সিদবগা তাইবঙ হকচাংগা অনিনা পুল্লগা তাইবঙ মী ওইবা অহুনি। অহুগা, ময়াইদগী ফুন্‌ ( সুন্য ) অসীনা লাইগা মীগা পনখৈ অমমম ওইহুনা সক উনদনা লৈপ্লিবা অসীগী পলগী মসকনি।

***ঈয়েককী রাওউলোন্‌ ঃ—*** লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংআ সিদবগী সনা হকচাং মুওদা, লাইনিঙথৌ সনামহী লাই

সিদবনা নমু তাইবঙ অমা মিতম্লগে হায়না সাইওন তৌহনা অতীংঅা সিদবগী মীৎ নহাদা নমু মীগী মসক ওইনা থোকহুনা লৈবব্ অ'ীংঅা সিদবনা উরুই। অহুগুম্বা, মী অহুবু উরুরগা লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংঅা সিদবনা পায়মা রাখন তৌরকই। "লাইগী ঈদগী নমু তাইবঙ অমা ওইনবা ঈ থকলে, ঈ হেক খক-খিবদগী ঈলিক অহুগা লাঈগা চৈখন্ অমা খল্লে। সালাইলেল সিদবা ঐস্থু লাইনি, ঈপুঙলোই অপকপা মপুস্থু লাইনি। লাইগা-লাইগা তিন্নরগা সালাইলেল সিদবা ঐ ওইরিবনি। অহুগা ঐগা তাইবঙ হকচাংগা তিন্নরগা নমু তাইবঙ মী ওইগদৌরিবনি। লাইগী মহয়না তাইবঙ মী ওইখিবদা লাইগা মীগা পন্খৈ অমমম ওইহুনা ফুন্ অমনা পল ওইহুনা লৈরগনি। মরম অহুনা লাইগা মীগা সক উনররোই।" ওসি তাইবঙনা মপু মা'বু উবা ফওদে। লাইনিঙ অহন্ কয়ানস্থু ঈবুঙঙো মহাকী মঙাল ফঙবা নস্তনা ঈবুঙঙো মহাকপু উবা ফওদে। ঈবুঙঙো মহাকপু উবা ফংগদবা মতমদি – পুন্সিগী অরোয়বা মুনিং অহুতনি।

# ll = । (চৈখৈ)

***ঈয়েক্কী কাঙলোন ঃ–*** "চৈখৈ" হায়বা থুদম ঈয়েক অসী, লাইগী মহয়না নমু তাইবঙ মী ওইরককদবগী মরমদা, লাইনিঙথৌ

সলাইলেল অতীংআ সিদবনা মিৎয়েং সাঙখৈরকপদা থনবা মরি স্থবা রাখন্দগী লৌতুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা থুংয়েক অসী, লৈয়ি অনিনি। লৈয়ি অমনা লাইনি, লৈয়ি অমনা মীনি। হায়রবদি— লাইগা তাইবঙ হকচাংগা অনিনা তিন্নবা তাইবঙ পালবনি হায়বা উহনবনি।

***ঈয়েক্কী রাঙউরোন.ঃ—*** লাইনিংথৌ সালাইলেল অতীংআ সিদবগী সনা হকচাং মুঙদা, লাইনিঙথৌ সনামহী লাই সিদবনা নমু তাইবঙ অমা মিতমলগে হায়নবগী সালাইলেল সিদবগী মীৎ নহাদা নমু মীগী মসক ওইনা থোকতুনা লৈববু সালাইলেল সিদবনা উরুই। অতুগুম্না, মি অতুবু উরগা সালাইলেল সিদবনা পায়মা রাখন ভৌরবই। "মপু সিদবনা তাইবঙ কুমহৈ সান্নগে হায়বগী থৌরাংবদি— তাইবঙ হকচাংগা লাইগা অনি তিন্নরগা তাইবঙ মপোক অমা ওইনা লাংওনগদৌরিবা অসিদা চৈথৈ ওইরে।"

# ● = লোমবা

## ***ঈয়েক মহুৎ লোমনবা থুদম***

***ঈয়েক্কী কাঙলোন.ঃ—*** "লোম্" হায়বা থুদম ঈয়েক অসী, লাইগী মহয়না নমু তাইবঙ মী অমা ওইরককদবগী ময়মদা লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংআ সিদবনা মিৎয়েং সাঙখৈরকপদা থনবা

মঙাস্লবা রাখন্দগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উব্রিবা খুৎয়েক অসী, য়েৎ থংবা লুম (বেন) গী মসকনি। য়েৎ থংবা লুমগী মমিংবু নৌরা অঙাঙ লোমলকই হায়বগী "লোম" কৌব্রিবনি।

***ঈয়েককী রাওউলোন ঃ*** লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংআ সিদবগী সনা হুকচাং মুঙদা, সনামহী লাই সিদবনা সাইওন তৌহুনা নমু মীগী মসক ওইনা সালাইলেল সিদবগী মীৎ নহাদা থোকতুনা লৈববু সালাইলেল সিদবনা উরুই। অহুগুম্বা মি অহুবু উব্রগা সালাইলেল সিদবনা পায়মা রাখন তৌরকই। "লাইগী মহয়না নমু তাইবঙ মী ওইহুনা লাইগী মহুৎপু, নমু তাইবঙ মী ওইনা লোমগদৌব্রিবদি য়েং থংবা লুমদনি।"

## ● = ল্ুমবা

### *ঈরাই ঈবিন, লুমথহন্নবা খুদম*

***ঈয়েককী কাওলোন ঃ—*** "লুম" হায়বা খুদম ঈয়েক অসী, লাইগী মহয়না নমু তাইবঙ মী অমা ওইরককদবগী মরমদা লাইনিঙথৌ নালাইলেল অতীংআ সিদবনা মিৎয়েং সাঙথৈরকপদা থনবা তরুকস্নবা রাখন্দগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উব্রিবা খুংয়েক অসী, ওইথংবা ল্ুম (বেন) গী মসকনি। ওই থংবা লুমগী মমিংবু নৌরা অঙাঙ লুমথরকফমনি হায়বগী "ল্ুম" কৌব্রিবনি।

**ঈয়েককী রাগ্উলোন ঃ—** লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংঙা সিদবগী সনা হকচাং মুঙদা, সনামহী সাই সিদবনা সাইওন তৌহনা নমু মীগী মসক ওইনা সালাইলেল সিদবগী মীং নহাদা থোকহনা লৈবনু, সালাইলেল সিদবনা উকই। অতুগুম্বা মী অহুবু উরগা সালাইলেল সিদবনা পায়মা রাখন্ তৌরকই। "লাইগী মহয়না নমু তাইবঙ মী ওইহনা লাইগী মহৎপু নমু তাইবঙ মী ওইনা লোমলপদৌরিবদি— ওই থংবা লুমদা লুমথরকলগা লোম-পদৌরিবনি।

## — — (—) পুনপা

**ঈয়েককী কাঙলোন ঃ—** "পুনপা" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, লাইগী মহয়না নমু তাইবঙ মী অমা ওইরককাবগী মরমদা লাইনিঙথৌ সালাইলেল সিদবনা মিংকে সাঙথৈরকপদা থনবা তরেংসুবা রাখন্দগী লৌহনা রেকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুংয়েক অসী, লাইগা মীগা পুনলগা মী ওইরিবা অসীবু উহনবা সক্তমনি।

**ঈয়েককী রাগ্উলোন্ ঃ—** লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংঙা সিদবগী সনা হকচাং মুঙদা, লাইনিঙথৌ সনামহী সাই সিদবনা সাইওন তৌহনা নমু মীগী মসুক ওইনা সালাইলেল

সিদবগী মীৎ নহাদা থোকচুনা লৈববু সালাইলেল সিদবনা পায়মা রাখন্ তৌরকই। "লাইগী মহয়না ওয়গী লুমদা লুমথরকচুনা য়েংকী লুমদা লাইগী মচুৎ লোমগদৌরিবা নমু তাইবঙ মী অসীদি লাইগা তাইবঙ হুকচাংগা অনি পুনলবনে।

——=( ঃ— )

# অপুনপা

*ঈয়েক্কী কাণ্ডলোন ঃ—* "অপুনপা" হায়বা ঈয়েক সক্তম অসী, লাইগী মহয়না নমু তাইবঙ মী অমা ওইরক্কদবগী ময়মদা, লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংআ সিদবনা মিৎয়েং সাঙথৈরকপদা থন্‌বা নিপালসুবা রাখন্দগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা থুংয়েক অসী, লাইগা-লাইগা পুনবা, লাইগা মীগা পুনবা 'হায়বা অহুদগী লৌহুনা' পুনবা খুদম ঈয়েক অনি তিন্নহনা য়েকপনি। 'অনিনা তিন্নববু অপুনবা কৌই হায়বা উহনবনি।

*ঈয়েককী রাগুউলোন ঃ -* লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংআ সিদবগী সনা হুকচাং মুঙদা, সনামহী লাই সিদবনা সাইওন তৌহুনা নমু মীগী মসক ওইনা সালাইলেল সিদবগী মীৎ নহাদা থোকচুনা লৈববু, সালাইলেল্ সিদবনা উরুই। অহুগুম্বা মি অহুবু উরগা সালাইলেল সিদবনা পায়মা রাখন তৌরকই। হুন্দকী । অনি পুন্নবা নমু তাইবঙ মী অসী, লাইগা লাইগা

পুন্লবা সালাইলেল সিদবা লাইগা অপুনবনে। নমু তাইবঙ মী হায়বা অসী, পাক-চাউরবা তেংবালবা অসীনা পীকনা মরোঙ (ফোর্ম) লাকপনে। মসীবু অপুনবা কৌয়ে॥”

# ঁ = ! (অঙকপা)

***ঈয়েক্কী কাঙলোন ঃ–*** “অঙকপা” হায়বা খুদম ঈয়েক অসী, লাইগী মহয়না নমু তাইবঙ মী ওইরককদবগী মরমদা, লাইনিঙথৌ সলাইলেল অতীংআ সিদবনা মিৎয়েং সাঙখৈরকপদা থনবা মাপনসুবা রাখন্দগী লৌতুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা থুংয়েক অসী, মীগী সক্তম মানবা লৈয়েক অমগা ঈলিক (বিন্দু) অনিগনি। মীগী সক্তম মানবা অসীনা নমু তাইবঙ মীগী সক্তমনি। অহুগা মথক থংবা ঈলিক্না লাইগী পান্দমনি, মখা থংবা ঈলিক্না মীগী পান্দমনি। হায়বদি— নমু তাইবঙ মী হায়বা অসীনা লাইগা মীগা তিন্নবা তাইবঙ মপোকনি হায়বা খঙদহনা ঙকপা অহুবু উহনবা অঙকপা খুদম ঈয়েকনি।

***ঈয়েক্কী য়াওউরোন্ ঃ–*** লাইনিংথৌ সালাইলেল অতীংআ সিদবগী সনা হকচাং শুঙদা, সনামহী লাই সিদবনা লাইশুন তৌহনা নমু মীগী মসক ওইনা সালাইলেল সিদবগী মীৎ নম্বাদা থোকতুনা লৈবনু, সালাইলেল সিদবনা উরুই। হুংগুবা, মি অহুবু

উরগা সালাইলেল সিদবনা পায়না রাখন তৌরকই। লাইনা মীশা তিয়হনা লাংওন্লবা তাইবঙ মীওইবনা অনিগী তাইবঙ কুম-হৈদা তাওখিহনা মসা মসাদা লাই লৈ হায়বা খ দহনা ওকলরগনি।

# ꯌ = ? (অহংপা)

***ঈয়েকী কাঙলোন.*** **:—** "অহংপা" হায়বা খুদম ঈয়েক অসী লাইগী মহয়না নমু তাইবঙ মী অমা ওইরককদবগী মরমদা, লাই-নিঙথৌ সালাইলেল অতীংঅ। সিদবনা মিৎয়েং সাওথৈরকপদা খনবা অমাসুবা রাখন্দগী লৌহনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উবিবা খুংয়েক অসী, অঙকপা ঈয়েকী ঈলিক (বিন্দু) অনি লৌখোক-লবগী সক্তম অহুনি। নমু তাইবঙ পান্‌বনা ওকতুনা অনিগী তাইবঙ কুমহৈদা তাউরবদগী অঙকপা কোকতুনা তাইবঙ পালবা মপুবু খিয়-হংজরপা অহুগী পান্দম উহনবনি।

***ঈয়েককী য়াওউলোন.*** **:** - লাইনিঙথৌ সালাইলেল অতীংঅ। সিদবগী সনা হকচাং সুঙদা, মনাক্কী লাই সিদবনা সাইওন তৌহনা নমু মীগী মসক ওইনা সালাইলেল সিদবগী মীৎ নহাদা খোকহনা লৈবদু, সালাইলেল সিদবনা উরই। অদুওবা, মি অদুবু উরগা সালাইলেল সিদবনা পায়না রাখন তৌরকই। "লাইগা মীগা তিয়বা তাইবঙ মীওইবদা অনিগী তাইবঙ কুমহৈদা পঙথহনা

মশা মশাগা লাই গৈ হায়ববু খণ্ডদনুনা ওকতুমা লৈরবদগী, তাইবঙ কুমহৈ চৈথেং কওলদুনা পুন্সি লৈমন্ চমকলবদা, ওকুলগা ঈথক ঈপোম নেমথমক্রদুনা তাইবঙ সেবা মপু নওবু কনাগো হায়না হংজদুনো থিজরকনি।

# \ = ( – ) থইদোকপা

ঈপ্ৠ লোইনপা অপকনা মালেম লৈসাপু ঈমুণ্ডপুণ্ডতকী কুকথত-চিংখত থাংখতলকপা মতমতা, সিতপকী মুণ্ডপুণ্ড মাখনতকী থোকখিপা লাইপুঙথৌসিংপু অপকপতকী থাইথোকলে হাইপকী থাইপোক থাইপোকপা কৌরে। থাইথোকপকী খুতত্মদি অসীনে ( ` ) ।০।

---

***ঈয়েক্কী কাঞ্জলোন*** ঃ— "থাইথোকপা" হায়বা সিঙথা-লোন্ ( অঙ্ক ) থুদম ঈয়েক অসীদা উম্রিবা খুংয়েক অসী, ঈপুঙ লোইনবা অপকপা মপুদগী লাইপুঙথৌসিংবু থাইথোকলকপা হায়বা রাকম অহুনদগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সত্তম অসীদা উম্রিবা খুংয়েক অসী, অপকপনা মপুদি তেংবালবা পুন্নমকী মথক ওইবনা ঈবুঙঙো মঙোন্দগী লাইপুঙথৌসিংবু থাই[illegible] মতমদা, লাই-পুঙথৌসিংনা মথা ওইবনা থাইদোকপা ঈ[illegible]থঙগী থারোমদা

হাইথনা কৈনা য়েকইবনি। কম্বিগুম্বা পোংসক অমা অরাগুবদগী থাদরবদি পোং অহূ মখা চুমনা তাজে, পৈনা হাই। অহূগুম্বা, কাইজাকপা ঈয়েক্কা থন্তুনী খাম্নোমদা পৈনা য়েকইবনি।

*ঈয়েক্কী রাগ্‌তাতলোন* :— ঈপুণ্ড লোইনপা অপকপা মপুনা মুণ্ডপুং রাথন্ তৌহনা মালেম লৈসা সেমগে থন্নহন্লে। ঈবুংঙো মহাক্না মালেম লৈসা সেমগে হোংনরকপদা নোংপোক চীংথৈ অপান্নবা—কুমীংনা হান্না চোংথোরকলে। মথংদা অরাণ্ডবা কৌপনু কাউরকলে। মথংদা থাংচাণ্ড কোয়লেল্ লাই সিদবা কাউরকলে। মথংদা খানা চাউবা রাণ্ডপুলেল লাই সিদবা কাউরক্রে। মথংদা ঈলাই পুলেল পুলিণ্ডলাই সিদবা কাউরক্রে। মথংদা লাই-নিংথৌ পাংকনবা কাউরক্রে। মথংদা অরাণ্ডবা কৌপনু চীংথক্তা ঈপুণ্ড লোইনপা অপকপা মপুনা সাইওম তৌহনা লাইনিংথৌ সালাইলেল অতীংআ সিদবা কৌনা লেপলে। অমুম ওইবা, লাই ৭ অনীবু; মপু মহাক্না থৌসিরকপা মপুণ্ড ওইবা লাইসিংনি হায়বগী লাইপুংথৌ ৭ কৌই। অমুম তৌনা, ঈপুণ্ড লোইনপা অপকপা মপুদগী লাইথোকলকতুনা লাপুংথৌ ৭পু মপুণ্ড ওইনা লেপহল্লগা, নমু তাই-বণ্ড পানবা লনথোকতুনা মপু মহাক্না তাইবণ্ড কুমহৈ সাজিবনি।

## / = ( + ) তিনসিনবা

লাইপুংথৌসিংনা পুননা তিনসিনতুনা থোকপা মতীকপু ঈপুণ্ড লোইনপামক ওইরে। পুনসিনপা-তিনসিনপা কৌরে। তিনসিন্-পকী থুতমতি অসীনে ( ´ ) ।০।

***ঈয়েককী ক্যাঙলোন ঃ—*** "তিন্‌সিন্‌না" হায়গা সিঙথা-লোন্ ( অঙ্ক ) খুদম ঈয়েক অসী, লাইপুঙথৌসিংনা পুন্না তিন্‌সিন্‌বা হায়বা য়াকম অচুদগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীনা উশিবা খুংয়েক অসী, থাইদোকপা ঈয়েকী ওয় তৌনবা মমিনি। ঈয়েক সক্তম অসীনা উহল্লিবদি— ঈপুঙলোই অপকপাদগী থাইথোক্‌-লকপা লাইপুঙথৌ ৭ না পুন্না তিন্‌সিন্দুনা তাইবঙ হুকচাং অমবু লাংপুন্বা, হুকচাং লাংপুম অচুগী মনুঙদা মপু সিদবগী মমিনা তিন্‌সিন্দুনা তাইবঙ থৌরাই ওইনা লৈয়ীবা অচুবু উহন্‌বনি ।

***ঈয়েককী য়াঙউলোন ঃ—*** ঈপুঙ লোইনপা অপকপা মপুগী ঈপুঙপুঙগী সাইওন্না থোকখিবা, থাইথোকখিবা লাইপুঙথৌ ৭ না পুন্না তিন্‌সিন্দুনা থোকপা মতৌয়া নমু তাইবঙ হুকচাং অমবু লাংপুন্মী। অসুম ওইবা, লাইপুঙথৌ ৭ কী মতৌয়া লাংপুখ নবু তাইবঙ হুকচাংবু, ঈবুঙঙো মহাকী মমি (মসক) তমহুনা লাংপুখনি হায়বগী তাইবঙ হুকচাং লাংপুম অসীবু. ঈপুঙ লোইনবমক ওই হায়রি। হায়বদি— মীওইবগী সক্তম [illegible] লাইগী সাক্তমনি। অসুম ওইবা তাইবঙ হুকচাংদা ঈবুঙঙো মহাক্না তিন্‌সিন্দুনা হুকচাংগী থৌরাই ওইনা [illegible]।

# ꯫ = ( ÷ ) য়েনপা

ইপুঙলোই অপকপকী মুংসা মাতুমপু খাইথোকপা অতুনা হাকোনপুঙতা লৈপা লাইপুঙথৌ ৭ তা য়েন্নথোকাল। য়েনপকী খুত্তমতি অসীনে ( ꯫ ) ৪০।

***ঈয়েক্কী কাঙালোন্ ঃ—*** "য়েনপা" হায়বা সিঙথালোন্ (অঙ) খুদম্ ঙ্গয়েক্ অসী, ঈপুঙলোই অপকপগী মুংসা সাতুম্না লাইপুঙথৌ ৭ তা য়েন্থোক্পা হায়বা হাকম অহুদগী লৌহনা য়েক্পনি। ঈয়েক্ সক্কম্ অসীদা উহিবা খুৎয়েক্ অসী, ঈপুঙ লোইনপা অপকপনা লাইপুংথৌ ৭ তা য়েন্থোক্তুনা, লাঈপুঙ-থৌসিংগী মতীক ওইনা লেপতুনা লৈবগী ফিহমদা "য়েন্প" খুদম্ ঈয়েক্কা য়ুঙমা য়েকপনি। হায়বদি - ঈবুংঙো মহাক্না তাইবঙ হুকচাং মুঙদা থৌরায় ওইনা লেপতুনা লৈবগী ফিবমদা লৈয়ি য়ুংনা য়েকপনি।

***ঈয়েককী হাঙ্গীলোন্ ঃ*** - মীওইবগী হকচাং লাংপুম অসীবু, হাথন থনবা ওম্বা হাথন হাউবা পুঙ (হুকচাং) অমনি হায়বগী "হাকোনপুঙ কৌই। হাকোন্পুঙ অসীবু লাংপুমইবদি লোংপোক চাঙথৈ অপালবনে, অবাংবা কৌপলুনে, থাংচাং কোয়-জেললাই সিদবনে হাংপুলেললাই সিদবনে, ঈলাই পুলেল পুলিংলাই সিদবনে, লাইনিঙথৌ পাংকনবপনে অমসুং লাইনিঙথৌ

সালা লল্ সিদবমে হয়েং অসীনি। ছায়রিমা লাই হয়েং অসীবু লাইপুঙথৌ ৭ কৌই। অমুম ওইবা লাইপুঙথৌ ৭ না লাংলুবা নমু তাইবঙ হুকচাং মুঙলা, ঈপুঙলোই অর্শকপগী মতীক্লা য়াইখী থৌরাই ওইনা লেপতুনা লৈবী। অমুম তৌনা, মালেম তাইপঙ পার্লিবলা লৈরিবা মী—সা, খোংলি লাউলিবা, অচংপা-চংতবা পুম্নমক্লা ঈবুঙঙো মহাকী মতীকপু সিন-থুংনা য়েনখোকতুনা মাগী মাগী থৌরাই ওইনা লেপতুনা লৈবী।

# ( × ) পুনঈপা

ঈপুঙ লোইনপা অপকপনা তলঙ ওইনা লৈলিঙৈ। অমম মঙাল থাইতলিঙৈ। মথন্না ওন্না-ওন্না। সাইওন্ লাংওন্ তৌতুনা তেংপাসপপু ওইখিবা। লাইপুঙথৌ ৭ পু থোকখিপা চৈওন্ ৭ পু ওইখিবা। অতুতম্ নক্তনা কোন্ সেন্ তুলৈসেংপা সনামহীনে। মী থালৌপনে। কোন্ চিন্ ভুকথপা ঈপু অথৌপা পাথঙপমে পুম্নমকপু ঈপুঙ লোইনপকী মতীক্নে। ঈপুঙলোই মথন্ তনা সুপনা ফাইনা হন্ না-হন্ না ওইখিপপু পুনসিন্ [illegible] হাইখলে। সুপনা ফাইনা পুন্ না য়েক্খিপা ঈখিপা মলম্ না মাকী খিংলেল্ খুতথমপু পুন্ ঈপা কৌয়ে। পুনঈপকি [illegible]তমতি অসীনে (—)।০।

***ঈয়েক্কী অঙলোন*:** "পুনঈপা" হায়বা সিঙথালোন (অক্ষ) খুদন, ঈয়েক্ অসী, 'মালেম তেংবালবা' পুম্নমকপু ঈপুগু লাইনপা অপকপানা পুন্না ঈখিবা হায়বা রাকম অস্তদগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক্ সক্তম্ অসীদা উরিবা খুৎয়েক্ অসী, তেংবালবদা লৈরিবা পোৎলম পুম্নমকনা "লিক মরু" ওইরগা, ইবুঙঙো মহাক্না তৎহৈদবা "লঙসুং য়াই" ওইহুনা পুন্না লেংবগী ফিবমদা পুনঈবগী খুদমনা ফৈনা য়েকপনি।

***ঈয়েককী রাঙ-উালোন*:** ঈপুগুলোই অপকপা মপুনা তলঙ অতিংবদা মথন্না ওয়া-ওয়া সাইওন তৌহুনা তেংবাল্বা ওইহল্লে। লাইপুংথৌ ৭, চৈওন ৭ পুথোকলে। অসীগী মতুংদা সনামহী লাই সিদববু সাইওন তৌহন্দুনা মী খলৌবা পুথোক্লে। মী খলৌবনা ঈপু অথৌবা পাখঙবা ওইনা লাংওনলে। ঈপুথৌ পাখঙবনা সালাই য়েক ৭ পোকথল্লে, সালাই য়েক ৭ না সাখাই (সাগৈ) ময়াম পোকথহুনা মীওইবা তাইবঙ পাল অসি ওইরে। মপু মাগী কুমহৈ মপুঙ কারে। অমুম ওইবা, মপু মাগী মালেম তেংবালবদা ওইরিবা পোৎলম ময়াম অসীবু, মপু মানা য়েকপা ঈবা ময়েকনি হায়বগী "ময়েক" কৌই। মপু মাগী ময়েক ময়াম অসীবু, ঈবুঙঙো মহাক্না পুন্না য়েকপা-ঈবা ময়েকনি হায়বগী "পুনঈপা" কৌই। হায়বদি— তেংবালবদা লৈরিবা হুমীৎ থা ,থৌরায়মিচাক মালেম অমসুং মী-সা-ঙা, খোংলি-লাউরিবা, অচংপা চত্তবা হায়রিবা পুম্নমক অসীনা "লিক মরু" ওইরগা, ইবুংঙো মহাক্কী মতৌনা তৎহৈদবা লঙসুং ওইহুনা পুন্না লেংবনি।

# ৪ = (=) (মাননপা)

ঈপুঙলোইকী মতীকনা পুম্নমক্পু ওইখিপা। হৌখিপা মলমপু ঈপুঙ লোইনপা অপকপকা অমতম্তা ওইলে মান্নৈয়ে। মান্-নপকী খুতমতি অসীনে ( ঃ ) ॥০॥

---

***ঈয়েককী কাঙলোন ঃ—*** "মান্নপা" হায়বা সিঙথালোন্ ( অঙ্ক ) খুদম ঈয়েক অসী, ঈপুঙলোইগী মতীক্না ওইখিবা পোৎলম পুম্নমকপু ঈবুঙঙো মহাকা মায়ৈ হায়বা রাকম অহুনগী লৌহুনা য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুংয়েক অসী, ফুন (স্নুন্য) অনিনি। মথক থংবা ফুন্না ঈবুঙঙো মহাকনি, মখা থংবা ফুননা তেংবালবা অসীনে। ঈয়েক সক্তম অসীনা তাকলিবদি — তেং-বালবদা উরিবা তোঙাল্ তোঙালবা সক্তম ময়াম অসী, ঈবুঙঙো মহাক্না সাইওন লাংওনবা ঙাক্তনি, ঈবুঙঙো মহাকী সক্তমসিংনি। অহুনা পোৎ খুদিংমক ঈবুঙঙো মহাককা মায়ৈ হায়বা উহনবনি।

***ঈয়েকী রাঙউলোন্ ঃ—*** তেংবালবদা লৈরিবা সুমিৎ-থা থৌরায়মিচাক, মী-সা-ঙা, খোংলি-লাউরিবা, অচৎ চম্বা হায়রিবা পুম্নমক অসী, ঈপুঙলোই অপকপগী ম[illegible]া ওইবা ঙাক্তনি। ময়ম অহুনা সক্তম ময়াম অসী, ঈবুঙঙো মহাকী সক্তম ঙাক্তনি। তেংবালবদা লৈ [illegible]রিবা পোৎলম খুদিংমক ঈবুঙঙো মহাকা চপ মায়ৈ।

অতুগা লাইনিং লম্বীদদি তেংবালবদা উন্নিবা সক্তম মরাম অসীবু মরোঙ নারদবা ( নিরাকার ব্রহ্ম ) কৌই। অতুগা ঈহাকপু মরোঙ নারবা ( স্বকার ব্রহ্ম ) কৌই। মরম অতুনা, ঈবুঙঙো মহাকী অরেপ্পা সক্তমদি — ঈহাকী সক্তম অসীনি। ঐহাককা সিদবা ম-ুগা চপ মাল্লে। সিদবা মপু মহাক্না ঈহাককী মঙ্গুভা "ঐ" কৌনা লৈবীরনা "ঐ" কৌবা মপুগী সক্তমগী মমিবু ঐহাক ওইরিবনে।

# ( ) = ( ) ( সমপল )

সিভপকী মুঙপুঙ রকথনুতকী থোকখিপা লাইপুঙথৌসিংনে। চৈঙন্‌ ৭ নে। তেংপালপনে পুমনকপু তোপনা খনুনা সম্‌পল্‌ ওইনা থাগে। সম্‌পলকী থুতভমতি অসীনে ( ( ) ) ॥০॥

---

***ঈরেকী কাঙলোন ঃ*** "সমপল" হায়বা সিঙথালোন ( অঙ্ক ) থুদম ঈরেক অসী, সিদবগী মুঙপুঙ রাখনগী থোকখিবা পুমনকপু, তোপনা সমপল্‌ ওইনা থাবা হায়বা রাকম অতুদগী লৌহুনা রেকপনি। ঈরেক সক্তম অসীদা উন্নিবা থুংরেক অসী, তেংবালবদা লৈরিবা পোৎলম পুমমক অসীনা মাগী মাগী ভোঙাল ভোঙালবা কয়াং অমমমনা মপু মহাককী মতীকপু সমপল ওইনা থাহুনা লৈববু উহনপা সমপল ঈরেকনি।

***ঈরেককী রাভালোন ঃ—*** ঈপুঙলোই অপকপা মপুগী মুঙপুং রাখনগী সাইওন লাংওনদগী থোকখিবা, মমীৎ-থা-থৌরামসিচাকনে, মালেমনে, চৈঙন ৭ নে, মী-সা ভানে, খোংলি-লাঙলিবসিংনে,

অচৎ-চত্তবসিংনে পুম্নমক অসী ঈবুঙঙো মহাকপী লাইরেল লাংঙন ঙাক্তনি। অসুম ওইবা, তোঙাল-তোঙাললবা পোক্তুরকপসিং অসিদা, ঈবুঙঙো মহাকপী মতীক্লা তুংহন্না লৈ। ঈবুঙঙো মহাকপী মতীকপু তোঙাল-তোঙাললবা মাগী-মাগী কায়াৎসিংনা তোপনা শন্ননা সমপল খাহন্না য়োমনা লৈ। ঙসি, মীওয়বগী হুকচ্যাংদা ঈবুঙঙো মহাকপী মতীক্লা তুঙহন্না থৌরায় কৌনা লৈ। থৌরায় মাবু হুকচাংনা সমপল খাহন্না য়োমনা লৈ।

# ৎ = (১) অমা

***ঈয়েক্কী কাঙলোন ঃ—*** "অমা" হায়বা সিঙথালোন (অঙ্ক) চৈসিঙ ঈয়েক অসী, থৌরায়মিচাক চৈঙন ৭ কী সক্তমদগী লৌহন্না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উম্নিবা খুয়েক অসী, থৌরায়মিচাক চৈঙন্ ৭ কী সক্তমনি। অহুগা, ঈলিক (বিন্দু) অসীনা থৌরায়মিচাক অপকপা নোংথৌ সিদবগী (ধ্রুবতারা) সক্তমনি।

***ঈয়েককী রাঙউলোন ঃ*** তেংবালবা ওয়ত্রিনৈ, তাইবঙ পালবা লৈত্রিনৈদা, ঈপুঙ লোয়নবা অপকপা মপু মথন্তা লৈরম্মী মতম অহুদা অমত্তদি য়ক্লামদে, অঙালবনি খঙ্লুমদে, পুন্না অমা ওইরম্মী। মরম অহুনা, অমম অঙাল খায়িত্রিবৈগী ঈবুঙঙো মহাকী মমিংবু "অমা" কৌই।

# ꯑ = (২) (অনি)

***ঈয়েক্কী কাঙলোন ঃ—*** "অনি" হায়রবা সিঙথালোন (অঙ্ক) চৈসিঙ অসী, অমা ঈয়েক্কী ঈলিক (বিন্দু) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুৎয়েক অসী, ঈপুঙলোই অপকপা মপুনা মথন্তা লৈবা মুঙঙাইরক্তুনা মালেম নোংথৌ মমুঙ ওয়নবা সেমগে নিঙলকপদা তলঙ অতিংববু হায়না পুথোরকপা অহুবু উহনবনি। হায়রবদি — অমা ঈয়েক্কী মথ ন্দা কিসি পুনবগী মতৌগুম্না উরিবা লৈয়ি অতিংবা অসী, তলঙ অতীংআ —অহাঙবগী পান্দমনি।

***ঈয়েক্কী রাঙউলোন ঃ—*** অমা কৌবা মপুনা তলঙ মালঙনা ঈম (য়ুম ওইনা হাইনা হুমনা মথনতা লৈরম্বদগী মালেম নোংথৌ মমুং ওইনবা সেমগে নিঙলকলে। ঈবুঙঙো মহাককী অনিঙবনা তলঙ অতিংবা অহাঙবা পুথোকলে। মরম অহুনা ঈবুঙঙো মহাক্কী অনিঙবনা তলঙ অতিংবা অতীংআ অহাঙববু পুথোকলে হায়রবগী অমা কৌবা মপুগী মমিংবু অনি কৌই।

# ꯑ = ৩ (অহুম)

***ঈয়েক্কী কাঙলোন ঃ-*** "অহুম" হায়রবা সিঙথালোন (অঙ্ক) চৈসিঙ ঈয়েক অসী, অমা ঈয়েক্কী ঈলিক (বিন্দু)না য়েকপনি।

ঈয়েক সক্তম অসীদা উম্নিবা থুংয়েক অসী, অমা কৌবা মপুন্না তলঙ অতীংআবু পুখোকলগা মালংবা মুঙসিং সিংহল্লকপা তহুবু উহনবনি। হায়বদি-অমা ঈয়েকী মথ্‌ন্দা কিসি পুনবা অসীনা অতীংআ অহাঙবনি, মথংগী কিসি পুনবা অসীনা মালঙবা মুঙসিংনি। তলঙ অতীংআ অহাঙবদা মালঙবা মুঙসিংনা সিলকপবু কিসি অনি অমদি অমা ঈয়েক অহুম অসীনা পান্দম লাকতুনা য়েকপা অহুম ঈয়েকী সক্তমনি।

***ঈয়েক্কী য়াওউলোন্*** ঃ— অমা কৌবা মপুন্না তলঙ অতিংবা অতীংআ অহাঙবদা মালঙবা মুঙসিং সিংহন-হুমহল্লকলে ময়ম অচুনা তলঙ অতীংবা অতীংআ অহাঙবদা মালঙবা মুঙসিং সিংহন-হুমহল্লকই হায়বগী অমা কৌবা মপুগী মমিংবু অহুম কৌয়ে

## ৪ = (৪) মরি

***ঈয়েককী কাওলোন*** ঃ— "মরি" হায়বা সিঙথালোন (অঙ্ক) চৈসিঙ ঈয়েক অসী, অমা ঈয়েকী ঈলিক (বিন্দু) না য়েক-পনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা থুংয়েক্ অসী, মালঙবা মুঙসিং লাইচা ঈসিং পোকলকপা অহুবু উহন্‌নবা মরি ঈয়েকনি। মুঙসিংকী মসাদগী ঈসিং পোকই, মসা অমতনি হায়বছু— মরি ঈয়েকী সক্তমনা মথক মথা অনিমক মসক য়ামনা অমা ঈয়েক অনি সনজিন্নবগুম উম্নিবনি। হায়বদি — মুঙসিত্তা ঈসিং য়াওই, মসা অমত্তনি হায়বা উহনবা মরি ঈয়েকনি।

**ঈয়েককী য়াঙ্উরোন ঃ—** ঙলঙ অঙাংআ অহানবা অমা কৌবা য়পুগী থোসিল্লা মালঙবা মুঙসিং সিংহল্লকপদা, মালঙবা মুঙসিংনা ঈসিং থোকলে। অমুম তৌনা মালঙবা মুঙসিংনা লাইচা ঈসিং পোকলকপবু, - মালঙবা মুঙসিংকী মলিদগী লাইচা ঈসিং পোকলকই হায়বগী অমা কৌবা মপুগী মমিংবু মলি কৌই।

# ঁ = (৫) মঙা

**ঈয়েককী য়াঙ্উরোন ঃ—** "মঙা" হায়বা সিঙথালোন (অঙ্ক) চৈসিঙ ঈয়েক অসী, অমা ঈয়েককী ঈলিক (বিন্দু) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসিদা উরিবা খুংয়েক অসী, ঈসিং-মুঙসিং অনি চায়নবদা কামপী মৈ পোকলকপা অদু উহনবা খুংয়েকনি। হায়বদি অমা ঈয়েকী সক্তমদগী কিসি পুল্লগা চুমনা চিংথরকইবা লৈয়ি অসি মৈগী মঙালনা চুমনা লাকপা অদুবু উহনবা মঙা ঈয়েকী সক্তমনি।

**ঈয়েককী য়াঙ্উরোনঃ** মালঙবা মুঙসিংকী মলিদগী পোকলকপা ঈসিংগা, মুঙসিংকা অনি চায়নহল্লে। অনিনা চায়নবদা "হুঙ" হায়বা ঈরাই ঈনিন্ থোরকলে। হুঙকী ঈরায় ঈনিন্না "হুঙ হুং" হায়না নিকসিল্লকলে। হুঙকী ঈরায় ঈনিন্না নিকসিল্লকপদা নিকসিনফম লৈরকত্রুনা পোকথায়রকলে। পোকথায়বদা কামপী মৈ হৌরকলে, মঙাল নায়রে। অমুম তৌনা কামপী মৈ হৌদুনা মঙাল নায়রে হায়বগী অমা কৌবা মপুগী মমিংবু মঙা কৌই।

# ꯇ = (৬) তলুক

*ঈয়েকী অঙাংলোন্ :* 'তলুক' হায়বা সিঙথালোন(অক্ষ) চৈসিঙ ঈয়েক্ অসী, অমা ঈয়েকী ঈলিক (বিন্দু) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা থুংয়েক অসী, কামপী মৈ পোকতুনা মঙাল নায়রবা মতুংদা মৈসাগী মতেংনা য়াইপী লৈসা পোকলকপা অহুবু উহনবা থুংয়েকনি। উরিবা সক্তম অসী, মঙা ঈয়েক্তা লৈয়ি অমা হাপচিনবনি। মঙা ঈয়েক্লা মঙালগী মসকনি, লৈয়ি মতেক অসীনা মঙালদগী পোকপা য়াইপী লৈসাগী মসক্নি।

*ঈয়েককী য়াঙউালোন:* ঈসিং মুঙসিং অনিনা চায়নবদা কামপী মৈ পোকতুনা মঙাল নায়রবা মতুংদা কামপী মৈসানা য়াইপী লাইসা পোক্লে। য়াইপী লাইসা মুঙদা অমা কৌবা মপুনা তন্দুনা য়াইপী লৈসাগী মতিক ওয়না লুক্না লৈ হায়বগী অমা কৌবা মপুগী মমিংবু "তলুক", কৌই। ঙসিগী মালেমদা হৌয়িবা উ-য়া, নাপী-সিঙবী, মহয় মরোং কয়ামরুম অসী, মপু মাগী মতীক্না মালেমদা চংহুনা লৈবননি।

# ꯗ = (৭) তলেপ = তলেং

*ঈয়েকী য়াঙউালোন্ :—* "তলেপ-তলেং" হায়বা সিং-থালোন্ (অক্ষ) চৈসিঙ ঈয়েক অসী, অমা ইয়েকী ঈলিক (বিন্দু) না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসিদা উরিবা থুংয়েক অসী, অমা কৌবা

মপুনা থৌরায় পালবসিংগী থৌরায় ওইহনা কয়াৎ মুওনা তলহনো লেপতুনা লৈবগী রাজয় উহনবা তলেৎ তলেপকী ঈয়েক্নি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা সৃকয়োং অসী, মাও থংবা পেনা চৈজিং মান্বা অসীনা অমা কৌবা মপুগী মসক ওইরবা অমা ঈয়েকী সক্তমনি, তুং থংবা লৈয়ি অতিংবা অসীনা থৌরায় পালবসিংগী কয়াৎকী মসক্নি। হায়বদি— থৌরায়গা হুকচাংগা অনি তিল্লনা লৈবা অহুগী মসকপু পান্দম পাকপনি।

*ঈয়েককী রাঙ-উালোন ঃ—* য়াইপী লৈসা মুংদা মপুগী মতীক্লা তলতুনা লুকনা লৈখিবা মরম্মা য়াইপী লৈসা মথক্তা থৌরায় পালবা ,কয়ামরুম পোকলকলে। থৌরায় পালবসিংগী কয়াৎ মুওদা অমা কৌবা মপুনা থৌরায় ওইনা লেপতুনা লৈগ্রে। অসুম তৌনা থৌরায় পালবসিংগী কয়াৎ মুওদা অমা কৌবা মপুনা তলতুনা লেপনা লৈগ্রে হায়বগী অমা কৌবা মপুগী মমিংবু 'তলেৎ— তলেপ" কৌই।

## ঙ = (৮) নিপাল

*ঈয়েক্কী কাওলোন ঃ—* "নিপাল" হায়বা সিঙথালোন (অঙ্ক) চৈসিঙ ঈয়েক অসী, অমা ঈয়েকী ঈলিক (বিন্দু)না রেকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উরিবা খুয়েক্ অসী, অনিগী তাইবঙ পালবু উহনবা খুংয়েকনি। হায়বদি— মথক থংবা অমা ঈয়েকী মসক ওইবা অসীনা লাবা, মুপী, পা খঙহন্বনি। অতুগা, মখা থংবা কোনথংপা খুংয়েক অসীনা অমোম্, মুপী, পী খঙহন্বনি।

*ঈয়েক্কী য়াওউতাপোন্* :— অমা কৌবা মপুনা থৌরায় পালবসিং লেখীবা মতমদা লাবা, অমোম খাগ্নো লেখীবা মমমনা অনিগী তাইবঙ পাল্ ওইয়ে। মসীবু, অনি-নি পাললে হায়বগী অমা কৌবা মপুগী মমিংবু "নিপাল" কৌই।

## ꯹ = ৯ ( মাপন্ )

*ঈয়েককী কাঙলোন* :— "মাপন্" হায়বা সিঙথাপোন (অঙ্ক) চৈসিঙ ঈয়েক অসী, অমা ঈয়েকী ঈলিক (বিন্দু)না য়েকপনি। ঈয়েক সক্তম অসীদা উয়িবা খুৎয়েক অসী, অনিগী তাইবঙ পাল্‌বনা চাদা নৌদাবা হায়বা রাকম অহুদগী লৌহনা য়েক্‌পা সক্তমনি। হায়বদি— উয়িবা ঈয়েক সক্তম অসীনক, নিপাল ঈয়েকী সক্তমদগী ওয়-তৌননা লৈথি অমা ইনথৎপনি। মসীনা, অনিগী তাইবঙ কুমহৈদা চাদা-নৌদাবা অহুবু ঈহল্লি।

*ঈয়েককী য়াওউতাপোন্* : অমা কৌবা মপুনা লেখীবা অনিগী তাইবঙ পাল্‌বনা মপু মাগী থৌসিন্ মতুংইন্না তাইবঙ চাদা নৌদায়ে তাইবঙ কুমহৈদা তাইবঙ চাদা নৌদবা মপু মাগী থৌসিন্দি লোমলে, পল্লে হায়বগী মপু মংগী মমিংবু "মাপন্" কৌই। চৈসিঙ ঈয়েকী সক্তমদি মাপান্ হায়বা ঈয়েক সক্তম অসীদা লোম্‌লে। মসিঙ হায়বা অসী, অমদগী মাপন্ কাওবতনি।

## ꯱꯰ = ( ১০ ) তালা

*ঈয়েক্কী কাঙলোন* :— "তালা" হায়বা সিঙথাপোন

([illegible]) চৈনিং ঈয়েক অসী, অমা ঈয়েকী ঈলিক (বিন্দু) না য়েকপনি। ঈয়েক সতম অসীদা উন্নিবা পুথয়েক অসী, অমা ঈয়েকা, মুন (মুন্না) অমগনি। অমা ঈয়েক অসীনা অমা কৌবা মপুগী মসকনি, মুন অসীনা তাইবঙ হকচাংগী মসকনি। মসীনা উহল্লিবদি তাসিল্লগা ময়েক লাবা হায়বা অহুবু উহনবনি। হায়বদি সিববু তাসিনবা কৌই সিল্লগা য়ামথোকহৈবা ওইবদি তাইবঙপান হায়বা অসিনি। সিল্লগা মসিঙ হেনগংলকপা তাইবঙ পানববু, তাসিল্লগা ময়েক লাবা কৌই। মসীবু উহনবা তালা ঈয়েকনি।

***ঈয়েককী কাঙলোন :—*** অমা কৌবা মপুনা মথং মথং সাপল্লকখুনা নিপালসুবদা অনিগী তাইবং কুমহৈ সাম্নহন্দুনা মপান্ সুবদা লাংওন তৌহনা চাদা নৌদাহল্লে। অসুম্না চাদা নৌদাবা অসীদা ঈবুঙঙো মহাকী চৈসিং সুম্নহনা পল্লে। অহুদগী, পোকপা নায়রবনা সিবসু ওইরকলে। সিববু তাসিল্লকপা কৌই। সিল্লগা ময়েং তাবা নায়দবা তাইবঙ কুমহৈবু ময়েক লাবা কৌই। থৌওং অসীবু তাসিল্লগা ময়েক লায়ে হায়বগী অমা কৌবা মপুগী মমিংবু "তালা" কৌই। চৈসিঙ ঈয়েক তয়াগী মমিংবু অমা কৌবা মপুগী মিংথৈ তয়া কৌই। তাইবঙ পানবা ঐথোয় অসী, ঈবুঙঙো মহাকী মিংথৈ তয়াগী মমুদা তাইবঙ কুমহৈ য়াওল্লিবনি। তাইবঙ পানবনা পোকলা [illegible] তৌহনা তথহৈ কাহৈলবা তাইবঙ কুমহৈ [illegible] ওইহনা লৈরিবনি।



